মলিয়াকম চহিরোন—১৩৭৫
খৃস্তগী চহিরোন—১৯৭৮

শারিক মসীং—২১০০ ।

হাপচিল্লকপা সরুক য়াওনা মমল লুপা ১০/—

কংলৈ ঈরেক কনবা কমথোলুপকী মহুৎসিন্দুনা।
পুয়ামচা ইবোতোম্বা কোংদোকপা ।।






---

নম্বম : গীতা প্রিণ্টার্স, কৈশামপাৎ মখা, নম্বুল মপাল, ইম্ফাল।

# লাইরিক পুথোকপগী ৱারোল অমত্তং

হন্দক কংলৈপাক অসিগী লৈঙাকলোন পাঙ্গবিরিবা কমথোই ৬০ গী লৈঙাক-সংলেন অসিনা কংলৈ ঈয়েক অমা লেপথোক্কুনা চৎনহল্লে হৌগনি হাঙ্গৈনা ৱারেপ লৌবিথি মতাংসিদা ঙাইকদনা মমহুনা লৈরবা কংলৈচা কয়ানা হৌরককম সাংকম মখোং লৌবা ঙমদহুনা ঙসিকাওবা লৈরবা কংলৈ ঈয়েক্কী রাগী রাখোং ইবা লাইরিক অমা পুথোকপা হাঙ্গৈবসি তসেংনা তেংদবা য়াত্রবা থৌদাং অমনি।

মতাং অসিদা কংলৈ ঈয়েক কনবা ফমথোংলুপ্প ইবিত্তোরিয়েল বোর্দ অমা সেমহুনা লাইরিক অসি ইবিবা ঙম্বা মীসক অমা খিখি।। কমথোংলুপকী কমথোংসিংনা হান্নদগী খঙহুনা লৈরবা ইনাও ইবুংঙো প্রোফেসর কাংজম্বাদা কংলৈ ঈয়েক্কী রাগী অসি ইথিননবা হায়নখি।। বাক্যসি অয়াইবা থবক্তি নত্তে. অহুবু মরেপ ক্কী মনাংপু ঝুংসিহনা মহাক্কী পুক্সিদা অহুম লাকথিবা মম্না লুরবা থৌদা অসিবু লৌবিহুনা ঝুপনতগী নুমিৎ ৪ নিগী মঙ্গুংদা মচাক খোমজিনবা, নৈনবা পুন্নমক্কা লোইননা অহিং হুমদনা ইহুনা পুথোকখি।। ঃসিমক্কা ঙথূবা মতম থম্মসিদা লাইরিক অসি পুথোকপা ঙমখিবনি।।

*য়াম্না পেঙ্গবা অমসুং ঙক্কবা ঙমজদবা অমনা অথংবা। লাইরিক অসিগী মঙৎ উবিহুনা ঝুপনতগী নুমিৎ নিনিথক্কুগী মতমদা হায়বদি আগস্ট ১ দগী আগস্ট ২, ১৯৭৮ গী পুং ৪৮ গী মতম অসিদা নীভা প্রিন্তরস', লোয়াম কৈসামপাংতা লৈবগী প্রোপাইতর আর: কেঃ সনাতোম্বা এম এ, না লাইরিক অসি নম্বা পুমলোঙ্গ লোঙ্গৈবিখি।। ঈনাও ইবুংঙো সনাতোম্বগী মতেংদগী লাইরিক অসি অসুক্কী মতিক থংদা পুথোকপা ঙমজবনি।। হায়রিবা লৈপাক্কী থবক্তা থম্মোয় শেংনা হোৎনবিরিবা ইমাওবু তাইবংপামবা মপুনা মায় পাকপা পিবিসনু।।*

অরোইবদা ঐগী ঈনাও প্রোঃ কাংজীয়াগী তু গী য়াইফরোনবু মপুনা শিবিনবা খুরুমজে ।। লোইননা কংলৈপাক্কী নহারোল অহল্লোন কংলৈচা পুন্নকা মফমদা য়েলহৌডৈগী রাবু নিংসি চুনা 'কংলৈ ঈয়েককী রারী" অসিবু মিৎয়েং তাবিনবা নিংসিংজরি ।।

মলিয়াফম চহিরোন —৩৩৭৫ ।।
তাং ২ । ৮ । ৭৮ ইং

লাইরিক পুথোকপা (ইদিতর)
পুয়াম ইবোতোন
কংলৈ ঈয়েক কনবা ফমথোলুপ
আর, এম, সি; রোদ, ইম্ফাল; কংলৈপাক ।।

# য়াওরিবসিং

———

# অইবগী মতেক অমতং ॥

তসেংনা মসিমগি ককপা য়ারোই মতুংদি ক লৈপাক অসিগী মরাইপক লেপ্লদা য়াংগাল্লোই হায়বা য়ারোইদবা "কংলৈ ঈয়েক" অসিগী য়ারী হৌরক্লোনগা কোম্লনা লৈফম থেক্লবনি ॥ অদুবু মতম সাংনা পুয়া মৈ থাম্রবা তুংদা অতোপ্পা দেবনাগরি, বেঙ্গাল অমদি গুরুমুখি লিপীদগী মরেক্তা সক্তম হাপচিন্দুনা উকম থুগ ইখিবা মরম্না কংলৈ ইয়েক্তা য়ারী অম। পুথো কপা হায়বসি অয়াবা থবক্তি নত্তে ॥ অদুগীমু মথক্তা কংলৈ ঈয়েক কনবা কমথৌলুপনা মুপনতগী হুমিৎ ৪নিগী মতুংদা লাইরিক অসি পুথোক্তবা য়াদে কংলৈপাক্কী সরকারনা অকক্লবা মতমগী মতুংদা কংলৈ ঈয়েক চৎননবা হোৎনরিবসিদা মথৌ য়ায়া তাবনি হায়না তাকপিরকপদগী অমুক্কমু পাংজদবা ঐঙোন্দা অরুবা অমা ওইখি ॥

অদুবু চহি ৩৭০০ লোমগী মমাংদা পাল্লবা তাসাপা কৌবা নিংথৌনা কংলৈ ঈয়েককী য়ারী, ছকসাং কয়াৎ য়েংছনা ঈয়েক্তা য়ারী লিথুল থম্বীরম্বগী য়ারী পুয়া কয়াদা হৈজরক্লবনিংগা। তইবগী য়াথল পরিংদা অদুগুম্বা মতমদগী ওসিফাওবগী লিথুল অসি খোঙ্গুল লীরকপা। হেন্না মত্তেং ওই থবনি ॥ অথুবা মতমদা মচাক তানবা, পুম খোমজিনব, নৈনবা পুম্না তৌখিবসিনা করিগুম্বা মতাংদা অহো অয়াক য়াওখিবা লৈরবমু মতুংগী থুংনমদা হেন্না সাংনা মতম কংলবা মতমদা মেনথংচনবা হোৎনজগনি।

লাইরিক অসিনা পরিং অসিদা অহানবা থুংথাবা ওইবনা হেন্না কবা পাউতাক কয়াম্সু মতুংগী থুংনমগীদমক্তা পিবিরকপা য়াওরবদি য়াম্না হুংঙাইজগনি ॥ অয়োইবা ওইনা কংলৈ ঈয়েক কনবা কমথৌলুপনা করিম্মু হৈজদবা পাংজদবা ঐখাকপু থাজবিদুনা লাইরিক অসি খোংদোক্লবা থৌদাং লৌবিবসিমক সিংথমদ্রবা লমদম তোনসিঞ্জরে ॥

মীয়ামগী পাংদ্রবা :— কাংজীয়া ॥

মনিপুরাকম চহিরোল ৩৩৭৫, তাং ১।৮।৭৮ ইং ॥

# কংলৈ ঈয়েক্কী ৱারী

## History of Kanglei Scripts

( চহি ৪০০০ গী মমাংদগী ঙসিকাপ্তবগী ৱারী )

( ১ )

## কংলৈ ঈয়েক্কী মিংথোল

কংলৈপাক অসিদা চংনরম্বা অমস্তূং চংনগদৌরিবা ঈয়েক অদুবু "কংলৈ ঈয়েক" হাঙৈনা খঙনরে । চৌংমী-তম্মী অনিমক্তা "কংলৈ ঈয়েক" হাঙৈবসিনা অমত্তা ওইনা উহন্দুনা লুংশিনবা অমস্তূ পুরকংল্লি । (১) "মণিপুরী ময়েক" হাঙৈরগা মহাভারতকী মণিপুরদগী থোরকপা ৱাহৈনিনা য়েলহৌঙৈগী য়ুমকম থুগাইবতা নত্তুনা মহাভারতকী মণিপুরদু কংলৈপাকসিনি হাঙৈনা থুদম মতিক-চাবা পিদুনা উংপা ঙম্বা মীওই লৈসিল্লকত্রবনিনা চংনকম লুকথোক থোক্কে ।। (২) মীতৈ ময়েক/মৈতৈ ময়েক কৌরবদু কংলৈ-পাক চৌ-তম অনিমক পুন্না সিজিন্নরম্বা ঈয়েকনিনা, কবুই তোম্বা সলাং মাইবা, থুরথুল তেংপিবা নচিংবা চৌংমী মাইচৌ কয়া অমা ফাওনা মথোং সোমমিন্নদুনা মকা থম্না ঙাম্নরবা য়েলহৌ ঈয়েক ওইবনা মিংয়েং থরা থুগনি ।। চৌংমী কয়াগী মরক্ত তম্মী য়েক সলাই মগা কয়া মসীং লাকহমদনা ঙসিমক য়াওরিবনি ।। তম্মীসু চৌংমী ওইনা লৈরম্বা ঙাক্কনি । কংলৈপাক্কী তুমপাক লম পুম্ন-মক ঈশিংনা ঈরং ওইন লৈরিঙ্গু লাইবা মতমদুদদি তমপাক্তা

১। কংলৈপাক কংলৈলোল কংলৈ ঈয়েক : কংলৈ ঈয়েক কন্না ফমথোলুপ লাইরিক অসিদা চৌংমী তম্মীগী পারী-পুরী তিন্নরম্মী হাঙৈবা পুম্না কম্না নৈনদুনা উংপা অকুপ্পা ৱারী য়াওরিবকুম্না য়েংবীয়ু ।।

২। অদুহৈঙ্গী কংলৈপাক মণিপুর মণিপুর নত্তে : প্রো: এনজী, কাংজীয়া ।।

কনাম্নু লৈরম্মদে (৩)। লৈথক লৈখালোন, খাকেম্পা, য়ুমলেপ, মোইলাং নিংথৌলোন লম্বপুপা, চকপা থুনথোকলোন অসিনচিংবা পুৱা কয়াগী লীথুলনা তম্মীনা চীংমী ওইনিংবা মতম্দা ওইরম্মী, চীংমীনা তম্মী ওইনিংঙকপদা কুম্থরুগা হেক্তা ওইনরম্মী হায়রবসি ময়েক লানা উৎতুনা লৈরে॥ হৌজিক চীংমী তম্মী লাপথোকনহন্নবা হোৎনরকপা পুম্নমক থিংগদবনি॥ লিংজেল মান্নক্রবদি চাওথৎ খোংথং পুম্নমক্তা সোৎথগনি॥

ৱামক্রবদা অহাণ্বা ওইনা চীং-তম ফুরুপ তোঙান তোঙান উহল্লিবা তম্মীনা আর্য্য-জাতিনি, চীংমীনা নত্তে হাঈহুনা লাপ-থোক্লহল্লিবা মহাভারতকী র ৱীদগী লৌহুনা থোম্নিবা সংস্কৃত ৱাহৈ "মণিপুর" হাঈবসি সে দেকদবনি॥ অসগুম্ব অরাণ্ব হৌরকলোন (ইতিহাস) অসিনা মরম ওইহুনা ভারতকী হৌরকলোন (ইতি-হাস) অহুবম্ব লাম্লকনি॥ পুম্নমকী য়ে হুনা য়ুমফম লৈতবা মিং "মণিপুরী ময়েক" কৌবদি মসান য়াররোই॥ অনিম্নুবদা মীতৈ ময়েক/মৈতৈ ময়েক কৌরবম্নু চীংমী তম্মী পুম্না সিজিন্নরম্নিবা কংলৈপাক কোরিতৈগী ঈয়েকনিনা নিংহেং পিকথরকনি॥ মরম অসিনা য়েলহৌতৈগী য়েলহৌপুব রী য়েংথৎতবা য়ারোই॥ পুৱা পাকপ লাতম কয়াদা ইরম্নব ওসিনা হেন্না হেন্না চংনবা হৌরক্লবা "কংলৈপাক" কৌবা লমদমগী চীংতমগী ঈয়েক "কংলৈ ঈয়েক" কৌকম থোকই॥ (৪) লমদম অসিগী লেপবুম্নু চীংতম পুন্না সিজিন্নরিবা লোল ওইজরম্বনা মসানা কংলৈপাক্তা চংনরম্বা লে লদি চীং-তম অনি মুপ্না থওনরিবা "কংলৈলোল" কৌব তাবনি॥ তসে না লাথংকোক পুথাংকোক্কী ৱারীনা চাথাং মুথাংমৈ ৱাঈরক্লবা মস না তাজরবা মম্নিংনি॥ (৫)

---

৩। বাকোকলোন থিলেল সলাই অমাইলোন পুকোক পুয়াদা য়েংবীয়ু।

৪। কংলৈপাক কংলৈলোল কংলৈ ঈয়েক : ফমথোলুপ, ১৯৭৮।

৫। হেন্না কুপ্পা মরোল কংলৈ কশ্বা ফমথোলুপদা ১৯৭৮ কোংবা "কংলৈপাক কংলৈলেল কংলৈ ঈয়েক য়েংবীয়ু।।

কংলৈপাক লমদমদা লোম্লীব "কংলৈলোল" বু ইননবা ঈপাত্র ঈপু কংলৈতা ফাথিবসিংনা থনম্লিব। অমদি চৎনরম্লিবা ঈয়েক অসিবুনা হকচাং কয়াৎতগী লোক্লনা য়েকথোক্লম্বনি হাঈক্লনা ঈগী ময়েক "ঈয়েক" হাঈনা কৌরম্মী ।। সমপৎনা লৌথুল অসি খণ্ডননবা লাইরিকতি "রাকোকলোন ভাগাপকী সিংকক "রাকোকলোন থিলেল সলাই অমাইলোন" র'কোকলোন থিলেল সলাই অমাইলোন পুকোক" "রাচেৎলোল পাথুপ' অসিনচিংবা পুয়াসিং অসিনি ।। অসিগুম্বা কংলৈপাকী য়েলহৌ-ঈয়েকতি মসানা "কংলৈ-ঈয়েক" অমুম কৌজবনি।। কংলৈপাককী চাওখৎলোনবু কংলৈয়োন, কংলৈপাককী পুংবু কংলৈপুং, কংলৈপাককী ময়োমবু কংলৈয়োন কংলৈপাককী মনাৎপু কংলৈ-নাৎ, কংলৈপাক্কা পোকপবু কংলৈচা অমুম্না হোরক্লোনগী লীকলম চুম্না ভসিফাওবা অমুম লৈরি ।। কংলৈচা নহারোল কয়ানা লোল, ঈয়েকী অমদি লৈপাককী মিং-থোল অচুম্বা থিনরকপদা নহারোল লিসিং কয়াগী নৈনরোল লম্বী তেন্ননবা কংলৈ-লীচৎপু মতম কুইনা চাওখৎহন্নবা থাংগৎলকপা হোৎনবদা সরুক কয়া লৌবিক্লনা লাক্লবা অহন ইবুংঙো কয়ানা অচৌবা মতেং কয়া পিবিরকখি ।। তাং ১৬-৭-৭৮ ইংদা "সনা কংলৈপাক চিংতম য়েক সলাই লাইনিং"গী লুচিং পুরেন ওই বিরিবা মুহোরি ( ইচাউবা ) থুমম্না ইবিরকপা অরেপ্পা খণ্ডহনবি-রকপা চোরালদা "কংলৈপাক' "কংলৈলোল" অমমুং "কংলৈ-ইয়েক কৌগদবনি হায়রবসি অরেপপা ওইনা তাকপিরকই ।। চেরোলদা য়েংবীয়ু ।। (৬)

---

৬। থারকপা চেরোলগী চপ চাবা রারোল মথাদা পিজরি :—

স্না কংলৈপাক চিংতম য়েক শলাই লাইনিং লুচিং পুরেল মুহোরি ( য়িচাউবা ) থুমল—

স্না কংলৈপক্কী ইচিল ইনাউ ইপাচাসিংদা হাঈজরি। মরমদি সনা কংলৈপাকী ইরোল ইনাৎপু পুথৎচবদা ঐগী থোৱাই কৎলবনি।। স্না কংলৈপাক, কংলৈ ইয়েক, কংলৈ-(ই) লোল হাইগদবনি ।।

কংলৈপাক অসিদা ঈপানাৎ ঈপুনাৎ পুথংনবা অহানবা হৌ থাং লৌরকপদগী লেপ্পা লৈতনা য়াওবিরক্লবা অহন ঈবুংঙো সরাংথেম নাথো মীতৈ, থৌবুরেন, মীতৈ মরুপ থম্বালখোং অমসুং মীতৈ মরুপ থম্বালখোগী অরুম্বা থৌদা লৌরিবা নিংঙোম্বম অঙোতোন মীতৈ অনিগী পুন্না ইবিরকপা নহারোল সিংগী নৈনসং কাবদা মতেং ওইরগদবা তাং ১৯-৭-৭৮ ইংদা ইবিরকপা চেরোলদা, লৈপাকী মিংবু "কংলৈপাক", লোলগী মিংবুনা "কংলৈলোন" কংলৈলোলবু ইবা ঈয়েক অদুবু "কংলৈ ঈয়েক" কৌই হায়দুনা অরেপ্পা মমিং পীরকখি। ঈনাৎসু কংলৈ ঈনাৎ কৌই হায়বিরকই।। রারোল অচুমক রেংবিয়ু।। (৭)

অচুম্বা কংলৈপাক অসিগী ঈয়েক অমা চৎনবদা চৎনরিবা ঈয়েক অদু "কংলৈ-ঈয়েক" হঙ্গনা খঙবা হায়বসিদি মসানা তাজবা রাকমনি।। খৃঃ১৯৭২ দা মণিপুর সরকারনা ঈয়েক্কী থেসিস, সিনোপসিস ময়াম কৌথংখিবা অদুদসু লৈপাক চুপ্পা (স্তেৎ লেভেলদা)

---

চেরোল সিন্নখিবা :—

পুন্নাম ইবোতোন, ফমথৌ-থৌরাংবা।।

তাং ১৬। ৭। ৭৮ ইং।

খুৎনম মিং পিরে

মুহোরি খুমল (য়িচাউবা খুমল)

তাং ১৬। ৭। ৭৮ ইং

প্রেসিডেন্তগি সিল

(৭) থারকপা চেরোলগী চপ চাবা রারোল মখাদা পীজরি :—

স্না কংলৈপাক্কী মনুংদা লৈবা মীতৈ য়েক তরেৎনি। মীতৈ ঐখোই পুনমক্না লৈরিবা লৈবাক অসিগী মমিংবু স্না কংলৈপাক কৌই। কংলৈদা লৈবা য়েক তরেৎকী লোলবু কংলৈলোল কৌই। কংলৈলোলবু ইবা ইয়েক কংলৈ ঈয়েক কৌই। ইনাৎসু কংলৈ ইনাৎনে, মীতৈ য়েক তরেৎ হৌরকফমে।

থৌপুবা ফমথৌলুপকী খুৎসিন্নখিবা:—

পুন্নামচা ইবোতোনদা।

তাং ১৯। ৭। '৭৮ ইং।

সরাংথেম নাথো মীতৈ

নিংঙোম্বম অঙোতোন মীতৈ

(সিল, মীতৈ মরুপ থম্বালখোং)।

তৌখিবা মীথেনপূং ( কনকরেন্স ) কয়ানা অমত্তা ওইনা য়ানবথা য়েংপা ওমখিত্রবা ঈয়েকপু সরকারনা লানথংপদম্ম "কংলৈ ঈয়েক" হাঈনা অহুম খাদংলি ।। (৮) খৃঃ ১৯৭৬তা পাংথোকখিবা লৈপাকী থাক্তা ( স্তেং কন্ফেরেন্সদা ) তৌখিবা ঈয়েকী কনকরেন্সতা অমত্তা ওইনা লেপ্পবা অচুম্বা য়েনহৌ ঈয়েক অহুম "কংলৈ ঈয়েক হাঈনা অসুম থম্বনখি, থাংগংখি ।। (৯) হন্দক্তা দিরেক্তর ওফ ইহুকেসন্না সিন্দুনা কোথংখিবা ঈয়েকী মীতিনদম্ম কনকরেন্স পুন্নমক্না য়াপ্পবা ঈয়েক অহুবু "কংলৈ ঈয়েক" কৌদুনা অহুম্মক থাদংখি ।। (১০)

ঈয়েকী মিং লৈপাকী মিং অমদি লোলগী মিং থোনবগী মরীদা হেন্না পাকথাউনা পুন্না, লাইরিক, পাকল কয়াগী লেংত্রবা থুদম পিহুনা ঐবা য়াথীদি কংলৈ ঈয়েক কনবা কমথোলুপকী য়াকোংবা সংলুপ্পা পুথোকখিবা লাইরিক অমম্বুং কংলৈপাক (মণিপুর) সরকারদা মরী লৈননা লৈপাকী অণ্ডম্বসি দা থাজিন প্পবা "কংলৈপাক কংলৈলোন কংলৈ ঈয়েক" কৌবা লাইরিক্তা য়েংখিম্ম। লাইরিক অসিদা মণিপুর ওন্নগা কংলৈপাক কৌগনি, মণিপুরী লোল ওন্নগা কংলৈলোল কৌগনি. মণিপুরী ময়েকী মহুত্তা কংলৈ ঈয়েক হাঈগনি, মসিন চৌংমী ভম্মী অনিমক্তা সুংসিনবা কাঙ্গনদবা অমদি পরী পুরী তিন্নবগী অমত্তা ওইবা য়াইকবা সকত। অমা পুরকপা ওংগনি হাঈবা ময়েক সেংনা ইপ্রে। লোলগী মওংদ কলৈপাকী লৈপাক ভাষ্লোন

---

(৮) কংলৈ ঈয়েক –A Thesis on Kanglei-Eeyek : য়াকোংবা সংলুপ, কংলৈপাক থৌসিনকোন ।।

(৯) Recomendations of Writers Conference, 1976.

All Manirur Progressive Writers and Cultural Association, Imphal.

(১০) দিরেক্তর ওফ ইহুকেসন্দা ঈয়েক ১৮ গী লিথুন উংথুনা থাগৎখিদা চেয়েোল, রিফরেন্স ৫০০ রোম পিরিবা থৌসিনকোনগী য়াথোল ।।

পাঈবিরিবা ঈবুংঙো ঈবেম্বসি'দ অচৌবা অরাবা অমা লৈরিবহুনু কোক্নবগী অচৌবা মতেং অমা ওইগনি হাঈনা খল্লি। লোল ঈয়েকী মতাংদা সরকারদা লৈবাক মচাসিংনা মুক্কম লৈবা মচাক মঙ মতেং পাংসিন্দুনা থবক পাংথোকপদা অপনবা পিদনবা সরকারগী মতেং পাংসিনবা তাবনি।

---

# কংলৈ ঈয়েকী হৌরকলোন

( খুন্তখাং ২০২২ য়ৌনা য়ে থৎপা )

কংলৈপাক অসিদা কংলৈ ঈয়েক অমা চৎনরম্ব, অমদি লৈপাকী অরুবা রায়েল করাবু খোৎচিন্দুনা থম্লবা খম্বীরম্বা ঈয়েক অসি করা কুইররবনো হাঈবগী খোংগুল অমা লীবা হাঈবসি তম্বাই তম্বাইবা থবক্তি নত্তে॥ অতুইগু মথক্তা ঈনিংথৌ ঈবুংঙো পামহৈবা, কংলৈ নিংথৌগী পন্নীংদা ইহান হানবা ওইনা মীবোলদা “গরিবনিরাজ” হাঈনা মিং হোংদে কথিবা সন হাক্তগী কংলৈ পুন্না ময়াম খোমগৎতুনা কংলা উতা মাংদা মৈ থাদোকখি॥ মৈ থাবতা নত্তনা মতুংদা অমুক অসেংবা কংলৈ-ঈয়েক অহু থিনরকপদা লীথুন মাংখিনবা কত্তাওনহনবা বেঙ্গলী লিপি, দেবনাগরি, গুরুমুখি লিপিনচিংবদগী ময়েক হাপচিন্দুনা পুরান ( পু+অরানবা ) করা অমম্ম মতম মত্তমগী সেমজিন্দুনা থনম্লে॥ পুন্না নমহৎলগা পুরান সেমজিল্লবতা নত্তনা ওইজবা থাজক্তং কংনবগীদমক্তা মরৈবাক য়োম্বোক্তুনা সেল তানবা অসেঙ্বা পুরান অহুতমক থম্লগা কম্না চৎনহন্নবা হোৎনবা মীওই খরম্ম রানোম রাচৎ তৌহুনা লৈরে হাঈবা উনম্ব॥

মথক্তী মরম ময়াম অসি লৈবদগীনি কংলৈ ঈয়েকী অসেংবা লীথুল থিবদা অপনবা পিরিবসি॥ অহুবু লোরেম্বা খোংনাং

থাবগুম্বা ( মতনগী থোংলৈ থাবা ) চিংউ মাইচৌ ( চিংশিন্নবা + উধা + মাইচৌ ) করানা লোংলম্বা কংলৈ ঈয়েক্কী লিথুন তাকপা পুরা কয়া অমদি মৈনা চাকপা ওমথিনে, ওইনা ওইবকী পুরুকতা থয়ফুগী মথুত্তা তাবন্ ওমথিদে। খুৎসেম চ ত্রিবা পুয়া কয়া সিরো লাসিংনা য়োমফুনা থবগুম্বা অহুতৈগী লাইওইরব। মাইচৌসিংনা থম্বীরমলে। খুৎসেম চংত্রিবা পুয়াসিংফুগী লীরয়া অসেংবা কংলৈ ঈয়েক্কী হৌরককম লেপকদবনি।

খুৎসেম চংত্রিবা পুয়াসিংসিনা পীরিবা লীথুল মতুং ইন্না নৈনরবদি কংলৈ ঈয়েক অসি থুন্তগী চহি ১৯৭৮, মলিয়া কখীল-চাগী কংলৈ চহিরোন ৩৩৭৫ সুবা চহি অসিদা সোইদবদা চহি ৩৭০০ অসিগী মমাংদগী লৈরকলে।। চহি ৩৭০০ কী মমাংদগী লৈরকলিবা কংলৈ ঈয়েক অসি রাকোকলোন থিলেল সলাই অমাইলোন পুকোকপুয়া, রাকোকলোন ভাসাপাকী সিংকক্ পুয়া, রাকোক-লোন থিলেল সলাই অমাইলোন পুয়া অসিনচিংবা লাইরিকী মতুংইন্না ঈয়েক ১৮ নি।। মীওইবগী হকসাং (হকচাং) কয়াং ১৮ দগী সভম লোয়গা থম্বিয়বা কংলৈ ঈয়েক ১৮ নি।। (১১)

চহিরোন অসি য়ান্না লাইনা থভননবা পুয়াগী তাংকক থয়া পন্দবা য়াংরোই।। রাকোকলোন থিলেল সলাই অমাইলোন পুকোক পুয়াগী মতুংইন্না পুয়া অসি অপোইননা মচা মাইচৌনা মুংয়াংপা নিংথৌনা পাওতাক ফিদেলগী চনকপা মতাংদা য়ারী লীফুন। চকপলম মচ মাইচৌনা লাইগী চৈ থাফুন ঈয়েক ১৮ না হথোরক্লবনি।। (১২) পুয়াসিগী লীথুল তাবদগী থাং

(১১) রাকোকলোন থিলেল সলাই অমাইলোন পুকোক পুয়াদ য়েংবিয়ু।।

(১২) রাকোকলোন থিলেল সলাই অমাইলোন পুকোক :
পুয়া মসাগী লামাই ১ ; অকোংবা পুয়াগী লা: ৩।
অমুং পুয়াগী মসাগী লা: ৩৩ ; অকোংবগী লা: ১২৩।

লৌপোম্পা খমন্নবা তা অনি অসি য়ুংয়াংপনা কংজহ্না খাকী লৈপাকী লৈতনা কোবা হিংচাববু হাংখি ।। (১৩) খাকী লৈপাকী লৈতনা হিংচাবা লাকখিবা চহিদি খুন্তগী চহি ১৫৮৮, শকাব্দ ১৫১০ খুমাই হাওরমনা চৈথাবা চহিদনি ।। (১৪) খুন্তগী চহি ১৫৮৮ অসিদা মলিংবা কম্বালচানা ঈতা কুম্দম ঈহেন কুমথাই লৌহুনা পাম্বা হৌখিবা মলিয়াকম কুমসীং ২৯৮৫ সুয়ে ।। মরমদি য়াকোক-লোন পুয়া অসি অমুক হন্না সিন্দোক্লব্বা খুন্তগী চহি ১৭১০ সুবসিদা মলিয়া কম্বাল চাগী চহিরোল ৩১০৭ সুরে হাঙবসি পুয়া মসামক্তা পল্লি ।। (১৫) মরম অহুনা খুন্তগী চহিরোল্তগী কংলৈপাকী মলিয়া কম্বালচাগী চহিরোম্না চহি (৩১০৭—১৭১০)=চহি ১৩৯৭ হল্লি হাঙবদি চহি ১৩৯৭ হেন্না লিরে ।। চহি ১৩৯৭ অসি অপোইন্না মচা মাইচৌনা য়াকোকলোন খিলেল সনাই অমাইলোন পুকোক পুয়াসি লৌখিবা খুন্তগী চহি ১৫৮৮দা তিনসিল্লবদি (১৩৯৭+১৫৮৮) চহি অনিদা মলিয়াকম চহিরোননা ২৯৮৫ সুরে ।। য়ুংয়াংপা নিংথৌনা খুন্তগী চহি ১৫৬২দা কম্বাল কাখিবা মরম্না পুয়া ইথোক্লবসি য়ুংয়াম্বনা নিংথৌ ওইরবা মতুং চহি (১৫৮৮—১৫৬২) =২৬ সুবনি ।।

মতাং অসিদা পুনবা তাবা অমনা ঈহেক ১৮গী কাংলোনদি হকসাং কয়াংলোম্নগী ( কিজিওলোজিদগী ) লৌহুন থম্বিরবগী ইয়েক কাংলোন অসিদি মতাং ঈগী তাসাপ নিংথৌনা লৌখিরবনি

(১৩) মথক্কী পুয়া: ওরিজিনেল লা: ৩৩ ; প্রিন্তেদ লাঃ ১২৩ ।।

(১৪) চৈথারোল কুম্বাবা: লা: ১৯ ।।

(১৫) "কলিপিলি রাচা মহালাচা হাকথক ফাওবদা চহি কুমসীং লি চৈসীং চৈচেং ৩১০৭ মুলপানে ।।"

—য়া: খি: স: ক:পু:, ওরিজিনেল পুয়া লা: অহানবা ।।

হায়বদি ঙাস.প. নিংথৌগী মতমদা লৈরমলে হায়বনি। (১৬) মঙাং ঈগী ঙাসাপা নিংথৌদা তাকপি ওন্বীরম্বনা মঙাং নিংথৌনা ওইখি হায়বদি ঙাসাপা নিংথৌনা ইয়েক ১৮ গী হুকসাং কয়াং' লোন খঙহনা ইয়েকচাসিংদা তাকপিরম্লবসি মঙাং নিংথৌনা ওন্থৌরম্ব মতু ইন্ননি হায়বনি। (১৭)

হৌখিককাওবা ফংলিবা পুয়া লাতসিংগী মতুং ইন্না মঙাং নিংথৌগী মতম লেপ্লদা খজিক অরুবা লৈরবস্থ য়াকোকলোন ঙাসাপাকী সিংকক, য়াকে কলোন থিলেল সলই অমাইলোন নচিংবা ঈয়েক ১৮ না ইরম্বা পুযা লাতসিং লৈনরবদি ঙাসাপা নিংথৌগী সিংকক চহিরোন ফাওবদি হাঈকেৎ চাননা লেপ্পা ঙম্লে। মতাং অসিদা পল্লিবা "য়াকোকলোন থিলেল সলাই অমাইলোন" কৌব পুয়া অসি অপে ইননা মচা মাইচৌনা খৃষ্টগী চহি ১৫৮৮ দা মুংয়ামপা নিংথৌগী মতমদা "য়াকোকলোন থিলেল সলাই অমাইলোন পুকোক" পুয়াবু লীরকপদা পল্লি। (১৮) মসিনা তাকপি পুয়সি লীত্রিঙৈদগী "য়াকোকলোন থিলেল সলাই অমইলোন" কৌবসি ইথোক্লুনা হায়না লৈরে। হাঈরিবা পল্লম্লিব পুয়া অসিদসু অপোইননা মচা মাইচৌনা য়ারী লীরম্বগী লীখুল অহুম পীরি। (১৯) লৈনরিবা পুয়া অসিদা ঙাসাপা নিংথৌগী সিংকক চহিরোন অসি পুয়া ইথোকপা মতমতুদা ৩২৫০ য়োমগী মথাংগী বা ওইনা পীরি। (২০) হাঈরিবা পুযা অসি

১৬ য়া: থিঃ স: অ: পুয়া: ওরিজিনেল লা: ৩৩ ॥

১৭। "মঙাং নিংথৌনা ঙাসাপাতা তাকপি তমপিখিপা ঙাসাপাকী য়ালী লীখুলপু মুংয়াংপা নিংথৌনা পাওতাক হিতেনতগী হললকলপা মতাংতা লিখিয়ে।"

—য়া: থি: স: অ: পু: পুয়া: ওরিজিনেল পা: ৩৩ ॥

(১৮) য়াঃ থিঃ সঃ অঃ পুঃ পুয়াঃ প্রিন্তেদ লাঃ ৭৭ ॥

(১৯) য়াকোকলোন থিলেল সলাই অময়ইলোন পুয়া ॥

(২০) মথক্কী পুয়া অসিদা য়েংবিয়ু ॥

ইথোকপা নুমিৎ অসিনা মাকোকলোন থিলেন সলাই অমাইলোন পুংকোক পুন্না ইথোক্লবগী নুমিৎ থাদা থরদং হাল্লি হাঙ্গবতনি মুয়াম্বনা। কম্বাল কারবা মতুং চহি ২৬কী মতুংদা লাইরিক থরসি পুন্না ইথনি হাঙ্গনা লাইরিক অয়াম্বদা উৎলি। মসিনা তাকপদি পাওতাক হিদেপ। মকোকলোন লৌহনা থাং খোপোমপা থমমুনহা তা কংখিবা চহিসিদা ঙাসাপাগী সিংকক চহিরোন অসি চহি ৩২৫০ রোমগী মমাংগী ম ওই।।

হৌজিক নৈনবদা লাইরপনি।। মলিয়া কম্বালচাগী কুমসীং ২৯৮৫ সুবদা থাং খোপোমপা থমমুনহা তা কংলে; চহি অসিদা ঙাসাপা নিংথৌগী সিংকক চহিরোন ৩২৫০ রোমগী মমাং ওইরে। অদু ওইরবদি মসানা তাজরে—ঈয়েক ১৮গী কয়াংলোন লৌথুনবু মঙাং নিংথৌগী থঙাহোইহনা লৌবিরম্লিব ঙাসাপা কৌব নিংথৌ অসিগী চহিরোল অমা পারমলিবসিনা কোন্না পোক্লকথিবনি হাঙ্গনা পূন্না অতৈদমু ইহনা লৈরবা মলিয়া কম্বালমচা (কম-পালচা) ঈপুথৌ অসিগী চহিরোল্দগী চহি কয়ামরুম হল্লে।। অংতাপ্না ৱাহৈদা ঙাসাপা নিংথৌগী চহিরোন্না মলিয়া কম্বালচাগী চহিরোল্দগী চহি কয়ামরুম হেন্না লিরে।। কুপ্না পাহনা নৈনরকপা অসিদগী ৱাকৎ থরদি তুপ্তুনা লৈরে।। খৃষ্টগী চহি ১৯৭৮ অসিদা মলিয়া কম্বালচাগী চহিরোন অসি ৩৩৭৫ সুরে হাঙ্গবা মাংঙোননা থঙদ্রে। অদু ওইরবদি ঙাসাপা নিংথৌগী কুমসীং চহিরোন অসি ৩৬৫০ রোমগী মমাং ওইরে।

মতাং অসিদা পন্দবা য়াররোইদবা ৱাকম অমনা হাঙ্গরিবা ঙাসাপা নিংথৌ অসিদা ঈয়েক ১৮ অসিগী কাংলোন তাক্লম্লিবদি পুয়া কয়সিনা পল্লবগী মতুং ইন্না মঙাং নিংথৌনি।। মরম অসিনা ঙাসাপা নিংথৌগী কুমসীংনা খৃষ্টগী ১৯৭৮ সুবদা চহি ৩৬৪০ রোমগী মমাং ওইবা অসিদা চহি ৬০ থক য়াম্না পিন্না লৌহনা তিনসিনবদ (৩৬ ০+৬০) — চহি ৩৭০০ তারে। ঈয়েক ১৮গী

হৌরকপগী ৱারী লীথূলবু চহিদা খাইদগী নৌনা খাইদগী পিক্না পাৱরবদা য়ামত্রবদা খুইগী চহিনা ১৯৭৮ সুবা অসিদা ঈয়েক ১৮গী কাংলোনসিনা লৈরকপসি চহি ৩৭০০ কী মমাংদগীনি হাঙৈবসিদি কনানসু য়েংপা ঙম্লোই ।। অসুকী মতিক লিরে হাঙৈবগী য়াম্না লাঙৈবা খুদমদি ঈয়েক ১৮ অসিগী হকসাং কয়াৎতগী য়েকথোক্লগা থম্বিরম্বা সক্তম অসি মালেমসিগী কনাগুম্বা ফুরুপ অমত্তগা মান্নবা লৈতে, কনাদগী য়েংলগা তমখিবা নত্তে ।। অনিসুবদা পন্দবা য়ায়রোইদবা ৱাকম অমনা কুইরবা চহি ৫০০০ গী মমাংদগী লৈরকপগী খুদম পুয়দগী খঙলবা কংলৈপাক্তা লোন্নরম্বা লোল অছু মালেমসিগী অতৈ লোলগা মান্নরমদে। কনাগী মতৌ তমলুবা লৈতনা ঈয়েক ১৮গী খোন্থোক ( ইনিসিয়েল সাউন্দ ) ১৮ থক্তমক সিজিন্নরম্মী। ঙসিফাওবা গ, ঘ, ঝ, দ, ধ, ব, ভ, ঞ, ড়, ঢ় অসিগুম্বা ময়েক অমত্তনা হৌবা কংলৈপাকী অসেংবা কংলৈলোলদা ৱাহৈ অমথক্তং ফাওবা কনামত্তনা ঙসিসু পুথোকপা ঙমলোই। (২১) ঙসিগী চাওথৎলবা মতমসিদফাওবা মথকী ময়েক নৌনা থৈথরকপা ময়াম অসিনা মকোক হৌবা কংলৈলোলগী ৱাহৈ অমথক্তং ফাওবা ৱাহন্থোক লৈনা পিবা ঙমদ্রি ।। মরক্তা মমৈদা লোলথৈ লাকখিবত্তনি ।। মসিনসু লিরবা লোলগী খুদম ফংলবা লায়রম অসিগী লোলগা চাননা চপ চানা ইবা য়ানা থমলমলিবা কাংলোন অসিনা য়াম্না লাইনা ঈয়েক ১৮ অসি হাঙৈনিংঙাই লৈতনা লিরবা ময়েক্তি হাঙৈবা তুপ্পুনা লৈজবা ৱাফম্নি। অছুনা যাম্না নৌনা অমসুং খাইদগী নৌনা চিংথৎলবদা য়ামত্রবদা ঈয়েক ১৮ অসি ঙসিদগী চহি ৩৭০০ কী অঃ মমাংদগী লৈরক্লবনি।

(২১) কংলৈ ঈয়েক, A Thesis on Meetei Ecyek : কাংজীয়া, কংলৈপাক থৌসিনকোননা ফোংবদা য়েংবিয়ু ।।

য়াকোকলোন ঙাসাপাকী সিংকক কৌবা পুয়াসিদা লোনশুম সিজিন্নবা ( ইমপার্ফেক্ত লেত্তর, হসন্ত সিজিন্নবা ), চৈতপসিং, খুতম ঈয়েকসিং অমদি নুম ঈয়েক (খোঙ্বোক অরাপ থয়াং খঙহন্নবা থোন থৈথরকপা ইবা য়ানবা থম্বা ঈয়েক) য়সিন চিংবগী কান্নবা য়াওব্রবদি লোল ইবা য়ারোই—অসিনচিংবা কাংলোন য়াওরে ॥ হাঈরিবা ঈনিংথৌ ইবুংঙো ঙাসাপা অসিদি চহি ৩৭০০ লোমগী মমাংদা পাল্লম্বা নিংথৌনি হাঈবা ঐখোঈনা তসেং তসেংনা খঙলে ॥ অদুওইরবদি ঙাসাপা নিংথৌনা লীবিরম্লিবা ঈয়েক ১৮, পাবগী খোঙ্থোক্লা "কোক, সম, লাই । মিৎ, পা, না ॥ চীল, তীল, খৌ ॥ ঙৌ, থৌ, রাই ॥ য়াং, হুক, উন ॥ ঈ, ফং, অতিয়া ॥" হাঈনা পরেং অমদা অহুম অহুমনা লেং চন্দুনা লৈরম্লিবসিদি ঙাসাপা নিংথৌদা মঙাং নিংথৌ পুনসিপা ঈবুধৌনা লীবিরমহুনা খঙহোবনি ॥ (২২) কংলৈ পুযাগী লাতমসিংদা পনবগী মতুং ইন্না মঙাং নিংথৌদি ঙাসাপা নিংথৌগী মমাং চহি ৭০০ লোমগী মতমফাওবা ঙনখৎনা লৈরম্মী ॥ মতমতুগী পুন্সিরোন শান্নবা হৈবা, থৌরাই মসক খঙবা অহনসিংহুদি চহি য়াম্না য়াম্না পুন্সিখিবগী য়ারী ঙসিফাওবা খোৎচিন্দুনা লৈরিবসিনি ॥

ঙাসাপা নিংথৌগী তুংদা কাইনখৎদা পানখিবা নিংথৌ নোংতা লাইলেল পাখংপা অসি চহি ১২০ লৈপাক ঙাক্লম্মী, খুইয়োই তোমপাক চহি ১১০ লৈপাক ঙাক্লম্মী, তাউথিংমাং নিংথৌ চহি ১০০ লৈপাক ঙাক্লম্মী, নিংথৌ নাউথিংখোং খুন্তগী তুং চহি ৬৬৩ দা লৈপাক ঙাক্লম্বা অসিফাওবা চহি ১০০ পাল্লম্মী । খুন্তুগী তুং চহি ১০৭৪ ফাওবা পাল্লম্বা নিংথৌ ঈলেংপা ফাওবদা চহি ৯০ লৈঙাকখি । (২৩) অদু ওইরবদি লৈপাক ঙাকপগী মতমদা চহি

---

(২২) য়াকোকলোন থিলেন সলাই অমাইলোন পুকোক ॥

(২৩) চৈথারোল কুম্বাবা অমসুং নিংথৌরোল লম্বুবদা য়েংউ ।

১০০ গী মখক্ত ও কপসি সি মস গী চহি য়াম্ন হেন্না পুনসিথিবা ডাকুনি । চহি ১২০ লৈপাক ডাকুনা প্লাম্বা নিংথৌগী মচা সুপানা অমুক নিংথৌ খুন্তম সিনহৌব মতমদা সিনহৌরিবা নিংথৌ অহু চাহি ১০০ দগী পংভ তানি ওই লৈতে । অহুগুম্বা নিংথৌ অহুনা খুন্তম ওইনা খুইয়াই তোমপোকনা মথা অমুক চহি ১১০ লৈপাক পুরম্মী ।। মতাং অসি মহক্কী পুন্স অসি অপুক্কী মতিক সাংত্রে হান্নবসি মসানা তুপ্তনা লৈরবা য়াকথনি । লমচৎপু চুম্নবদি ওয়াংতম্ন পভিয়লাদা লৈবা প্রভু কৌবা ভেজিতরিয়ান অহু চহি ২০১ সুম্রিবহনি । অম্নমা মতাং নিংথৌ মসামক চহি ৭০০ পুনসিথিবা পুন্সিরোন সাম্নব নিংথৌনি । মহাক্না পুথোক্লবা লাইসোন তিনসোন ওসিফাওবা মতাং পুন্সিবা পন্দুনা সোম্নরিবসিনি । মহাক্কী চহি ৭০০ ডগী ১০০ কম্লগা হন্না তসেংনা পুয়াগী য়াথী সীংবুল লাতম য়াংতুনা লৈরে খন্ডপ্রা চহি ৩৭০০ তা তিনশিল্লবদি ( ৩৭০০ +৬০০=চহি ৪৩০০ তারে ।।

হায়্ন লাই ওইনা য়েক্লবা অসি ত্রেলিয়াগী কংলৈরোন অমদি নোর্থ আমেরিকাগী কংলৈরোন্দা চৎনরম্বা লাইয়েক :( পিক্টোগ্রাম, চিত্রলিপি ) গুম্বা, খাগী লৈপাক্তা, মেকসিকোদা, মিসর লমদমদা ফংথিবা মায়েক ( য়াথলবু য়েকপা, অাইদিওগ্রাম, ভাবলিপি ) অসিগুম্বা কয়া অমম্ন লৈরম্মী ।। মখোঈসিং অসি খম্লগা ইননবা, য়াংয়াল ইব ওম্নব ঈয়েক ( সিল্লেবিক ময়েক, অক্ষরলিপি অমসুং আল ফাবেতিক ময়েক, ধবনি লিপি ) ওইরবা ঈয়েক ১৮ লৈতপ, খুতং ঈয়েক, লুম ঈয়েক য়াওরবা হৃকসাং কয়াংতগী কয়াৎলেন য়েংহুনা চৎনরম্বা ঈয়েক কাংলোন অসিমদি ওম্না থিংৎতুনা পাথংলবদি খুন্তগী চহি ১৯৭৮ এ, ডি, অসিদা চাউরাক্লা—চহি ৪৩০০ য়োওদি সুরগনি ।। চহি ৪৩০০ গী মমাংদা পাম্নবা কোনচিন তুকথপা ( কোজিন তুথোক পাথংব ) হাক্কী

য়ারী সী'বুল পুয়া' কয়াদা ইহূনা ঙসিকাওবা লৈরিবসি ঈয়েক ১৮ শী কাংলোয়া য়ায়া ঙমা ঙান্দুনা লৈবখ্রনি ।। ভিন্ন খুন্তগী লেংগা ওইখিবা নোংত লাইলেল পাথংপা ঈনিংথৌগী অাঃ মমাংদা পানখিবা নিংথৌরেন কয়াগী রায়োল ঙসিকাওবা খোংচিন্দুনা লৈরম্লিবসি ঈয়েক ১৮ শী চংনরোম্না য়ায়া ঙমা লৈরম্বদগীনি ।। থুদম ওইনা মঙাং নিংথৌ পুনসিপা, নিংথৌ ঙসাপা ( চহি ৩৭০০ লোম মুরবা ), নিংথৌ সাককপা, নিংথৌ রানককৃপা, নিংথৌ ককমুপা, তোনকোনপা, পিতি কোই, লামপিচা, নিংথৌ ভালি লৈম ভান্নু আসনচিংবা কয়াগী ভামগ্রবা থৌদোক রাখোক লোনচং খোংচিন্দুনা থনম্লি । ২৪ থনমলিবসিনমু মতমতুদগী চংনরক্লবা ঈয়েক ঈপোন লৈরকপনি হাঈবসিদি পুয়ানা ভাকলমহুনা খঙবতা নত্তবা পাঙ্গেয়োন রাতাও চানা পানসিন্দুনা ( লোজিকেল ইনফ, রেন্স, ন্যায় অনুমান খাতুনা ) য়েংবদা মসানা অহুম তাঙবা রায়োইনি কনক্লুজনশি ) ।।

লীরবা মতমদগী কংলৈপাক্তা লাইরিক ইহুনা লৈরম্লে হাইবা রাকম ঙসিদি খুন্তগী চহি ১৫৮৮ শুবা মলিয়া ফম্বালচাগী চহিয়োন ২৯৮৫ শুবা চহিসিদা অমুক ইথোক্লম্বা পুয়া "রাকোকলোন থিলেল সলাই অমাইলোন" কৌবা অসিদা "লাইলিক অসিভ ঙাসাপা হাঙতকপী কুমসিং ৩২৪৭ শুলাপানে ।। খঙ্‌আে ।।" হাইহুনা লাভম চন্দুনা ইরম্লিবা অসিনমু য়ায়া লাইনা চেংসিনহল্লে ।।

হাইরিবা খুন্তগী চহি ১৯৭৮ অসিদা কংলৈ ঈয়েক হৌরক-পগী য়ারী অসি চহি ৪৩০০ রোম শুরে হাঈবসি ভসেংনা বেদগী মতম ( বেদিক এজ ) হাইনা খঙনরিবা খৃঃ মাং চহি ২০০০ দগী

(২৪) সোংভা লাইলেল পাথংপা নিংথৌগী মমাং পানবা নিংথৌশিংগী মতাংদা মথাগী পুয়াসিংসিদা রাওরি—

(i) থমঅোই য়াংঅোই সেকনিং (ii) লৈসেমলোন অলিপা (iii) লৈথক লৈথালোন (iv) পুভীল অসিনচিংবদা য়েংঙ ।।

১০০০ ফাওবা অসিদগীদি য়াম্না চাল্লি॥ "গ্লিমসেস ওফ য়ার্ল্দ রিলিজনস" লামাই ১৯ দুবদা হাইবগী মতুং ইন্নদি বেদগী মতম অসি খৃঃ মাং চহি ১০০০ দগী হাঙ্গৈবদি হৌজিক্কী চহি (১৯৭৮+১০০০) =২৯৭৮ দগী খৃঃ মাং চহি ২০০০ গী হাইবদি হৌজিক্কী চহি (১৯৭৮+২০০০)−৩৯৭৮ গী মনুং দনি। (২৫) মতমত্তু অর্জ্য-সিংনা পনজাবপু মাইথিবা পিত্তনা লৌসিনখিবগী মতমদগী কোম্না বেদগী ইখৎপগী মতম লৌখিবনি।

দা: রাধাক্রিসননগী "ইন্দিয়ান ফিলসোফি, ভোল্যুম ১" দা বেদগী লাইসেংদ সৈরেং ময়াম অসি খৃঃ মাং চহি ১৫০০ রোম হাইবদি হৌজিক্কী চহি (১৯৭৮+১৫০০)−৩৪৭৮ রোম মুরগনি হাইনা পিরি। (২৬)

কংলৈ ঈয়েক্কী খোঙ্গুলনা চহি ৪৩০০ (লিসিংমরি চাহুম) অমুরাই ফ ওবদা মথি লৈরবদি বেদ ইগদবা চহি (৪৩০০—৩৪৭৮)=৮২২ রোম রাংলিহৈগী মমাংদগী লৈরবা কংলৈ ঈয়েক অরীবনি। চহি ৪৩০০ দগী চহি ৪০০ তেনসিন্নগা পাম্বকাওবদা নত্রগা সঙাংনিংথৌগী পুক্স চহি ৭০০ তগী ৫০০ লৌথোক্লগা ২০০ থক্তা ওইহন্নগ পাম্বকাওবদা দ: রাধা কৃসনন (হান্নগী প্রেসিদেন্দ ওইবম্বা) ভারতকী দর্শন ইবদা লোক্তুরেং দিগ্রি কংপ্রবা পন্দিত অসিনা য়াম্না খিরবা ভুংদা পিরম্ব বেদ উপনিষদ ইথিবা মতমদগীদি কংলৈয়েক্কী রারীনা য়াম্না চাম্দ্রনা অম্থম মরৈম্নবনি।

25. Glimeses of world History : vp. 19 :—"The vedic Age (2000 B. C. to 1000 B. C.) is the history of the Conquest of the Punjab by the Aryans from the abori — ginals".

(26) We assign them (the vedic hymms) to the fifteenth century B. C. and trust that our date will not be challenged as being too earty. —India philosophy : vol one : Dr. Radhakrishnan.

মহাভারত রামায়ন ইস্ক্রিবৈগী অ : মমাংদগী লৈরক্লে ।। মহাভা-রততি খৃ: মাং চহি ৪৫০ দগীদা ৬৫০ অসিগী মনুংদা ইবনি। অসিদগী য়ামলবদা চহি ( ১৯৭৮+৬৫০ )=২৬২৮ দগী হেন্না হাইগৎপা ঙমলোই । মরমদি মগাভারতকী শ্লোক অমদা অস্মুম্না ইরি :—

"এড়ুকচিহ্না পৃথিবী ন দেব গৃহভূষি তা ।" (২৭) শ্লোক অসিনা গৌতম বুদ্ধনা কাইনথংদা পোক্লগা লিংথংখিবা বৌদ্ধগী "এড়ুক ঙাক্কা ঙাই পৃথিবিসি, লাইসংদি লৈত্রে" হাঙ্গৈরিবসিনা গৌতম বুদ্ধনা বুদ্ধদেব ওইদুনা বৌদ্ধ ধর্ম্ম সন্দোকপা হৌখ্রবা মতুংদা মহাভারত লে বনি । অস্মুম্না থানদুনা য়েংবদা লাইনা উরগনি কাংলৈ ঈয়েক ২৮ অসি মহাভারত ইস্ক্রিবৈগী চপি ফিসিং অনি য়োমগী মমাংদগী লৈরক্লবনি।। মনিমক্লপু মথেক সেংলে মতুদি ঙসাপা নিংথৌনা চহি ৩৭০০ লোমগী মমাংদ পারিবৈদগী কাংলৈ পুয়া "রাকোকলোন থিলেল সলাই অমাইলোন" অসি লৈরে।। (২৮) "রাকোকলোন থিলোল সলাই অমাইলোন পুকোক" পুয়াস্মু মতমতদগী লৈরক্লে হাঙ্গৈবা তাকই।। মমিং মথাদা, রাহৈ রাতাদা থরা থরা নৌথোরক্লবস্মু পুয়াসিংসগী লাথুপ কাংলোন্দি কুইরব ঙাত্ত নি ।। অতৈ কয়াস্মু লৈরি ।।

(২৭ মহাভারত : বনপর্ব্ব ২৯০ | ৬৮ দা য়েংউ ।।
২৮) "লাইলিক অসিতি ঙাসাপা হাকতককী কুমসিং ৩২৪৭ মুলা-পানে ।।" — রাকোকলোন থিলেল সলাই অমাইলোন পুয়া ।।

# কংলৈ ঈয়েক ১৮ না চহি ৪০০০ গী মমাংদগী পামহৈবা হাক্তকফাওবা কংলৈ-লোন পুরকপা

( খৃঃ মাং ২৩২২—খৃঃ তুং ১৭০৯ )

কংলৈপাক অসিদা পোমলক্লুনা মতমগী ফোরোই মতুং ইন্না সাংলকপা কংলৈরোলগী হৈনা লাতেম কয়া অসি ওয়াক্লা মরিক চুন্না লৈরম্মী। ওসিদগী চহি ৩৬০০ কী মমাংদা পাল্লম, চাউ-রাক্লা কংলৈরোল্লা খোংচিন্দুনা হমলম্বগী মতুংইন্না চহি ৪৩০০ লোমগী মমাংদা নিংথৌ ওইখিবা মঙাং নিংথৌগী য়ারী কয়া লৈ-রম্লি। চহি ৭০০ পুন্সিখি হাঈহুনা মঙাং নিংথৌ পুন্সিবা হাঈনা ওসিফাওবদা লাইবোল কাওবদ য়াওনরি। মঙং নিংথৌনা লৈমা লাইলেলখোমপী পান্নহনা লৈসংলেল অসং ভাসাপা পোকই। (২৯) থুমন নিংথৌনা লৈমা খুঙাইপী পান্নহনা নোংতমলেন অথুপা পোকই, লুরাং নিংথৌনা লৈমা অঙাইপী পান্নহনা ওসিদগী চহি ৩৫০০ গী মমাংদা নোংতমলেন অরাংপা পোকই, অঙৌপানপা অঙোম নিংথৌগা লৈমা থিপী লাইখোমপীগা পান্নহনা লৈসংলেল অসংপা পোকই।। (৩০) গোইলাং নিংথৌগা লৈমা থালৈমাগ পান্নহনা ঈচেং পোকই, খাঙানপা নিংথৌগা লৈমা কোংভিং লৈমাগা পান্নহনা নোংতমলেন অঙানপা পোকই (৩১) সলাই লৈসাংথেমগা লৈমা চেংলৈমাগা পান্নহনা থুম থুম নিংথৌ পোকই। (৩২) অন্নুমা য়েক সলাই তরেং থাঈরকপা অসি পুয়ানা ভাকপা

---

(২৯) রাকোকলোন থিলেল সলাই অমাইলোন পুকোক পুরা।

(৩০) মথক্কী পুন্নাসিদা য়াওবা।

(৩১) মথক্কী পারাসিদা য়াওবা।

(৩২) রাকোকলোন থিলেল সলাই অমাইলোন পুকোক।

লৌথুনগী মতুংইন্না চহি ৩৭০০ লোমগী মমাংদগীনি অসিগুম্বা ৱারী কয়া অথম্নবা, মরু ওইবা মীসক মখিং মথা অমত্তা কাঈদনা ইহুনা থনম্লিবসি মতমতুগী চৎনবা ঈয়েক অমা লৈয়ম্বা মংঙনি।

ভারতকী অরিবা হৌরকলোন্দা ঈন্দজ ভেলি সিভিলাইজেসন অসিগী মতমদা লৈরম্ব। মীগী মসক মখিং ৱারী মরিক চুম্না কনা-মত্তনা খঙদে, খঙনবগী পাম্বৈশু লৈতে। সিভিলাইজেসন অসিমা লৈরম্মী হাঈবসি লৈমুং হোৎহোক্কুনা, ভোৎথোক্কুনা য়েংলুবা মতমদত্তা সক্কুম থরা ফংহুনা লেপ্নথিবনি। মতমহুদগী চৎনরকপা ময়েক অমমুং ময়েক্কুনা ইবা পুয়া লাইরিক কয়া নিংথিনা থনম লবদি ৱারী কয়া ফংবা য়ারম্বনি।

কংলৈ ঈয়েক চৎনরম্বা অসি চহি ৪৩০০ গী মমাংদগী হৌরম্বা মরম্না কংলৈপাক অসিদি চহি ৪৩০০গী মমাংদা পাল্লম্বা নিংথৌদমীনা ওসি ফাওবগী মরিক চুম্নবা কংলৈরোন লৈচল নাচোম ফানা ফংলিবনি॥ খোংচিন্দুনা থনম্বা মরম্না খুন্তগী মমাং চহি ৩৫০০ য়োমগী মমাংদা পাল্লম্বা লুরাং নিংথৌগী সাগৈ সলাইনা লৈপাক লৈথাঈ ( সিতি স্তেৎ ) ভাক্কুনা পাল্লকপগী কোম্নুং লাংকোন চৌংদা হোংলকপা, লুরাং খোংদা অমুক ওইখিবা মথং মথং ৱারী কয়া খোংচিল্লমলি॥ (৩৩) খুমন নিংথৌগী খুংপুনা য়াইরিপোক্তা পাল্লম্বা উমুখোংদা হোংহুনা পাল্লকপা, লৈকোইপুংদা অমুক পাল্লম্বা মতুংদা পুমলেলদা হোংহুনা অমুক পাল্লম্বা পুম্নমক ওম্বোক্না কুপ্না খোং-চিল্লুনা থনমলি॥ (৩৪) অঙোম্না কোনথাদা পাম্বা য়োকসং খোংদা পাল্লম্বা; কোংবা তুরেললা কোনবা লমদা পাল্লকপা; মোইলাংনা লৈকোইপুংদা হোংলকপা; খাঙানপানা কাংপোকপীদা ভাল্লম্বা, লাংকোন কোম্লম্ব', লুম্নাংচৌংদা পাল্লম্বা, কাইনথংদা তাকনা-খাগী

(৩৩) য়া: খি: ন: অ: পু: পুয়া॥

(৩৪) য়া: খি: স: অ: পু: পুয়া॥

লমদ লমওল্লকপা ; সলাই লৈসাংথেমনা হুংসেং মপান্দা লৈৱকপা লৈসাং হিংতেন কে ল্লম্ব মথং মথং অমত্তা কাঈদনা ৱাকোকলোন থিলেল সলাই অমাইলোন পুংকোক পুয়াদা মরীক চুম্না ইরি ॥ পুয়া অসি চহি ৩৭০০ লোমগী মমাংদা পানাথবা ঙাসাপা নিংথৌনা লিথোক্লুনা থস্ব ৱম্বানি। (৩৫) হ ঈনা পুম্নাসিদা য়াওরিবসিদা চিংনানিংঙাই কারস্থ লৈত, মচাক ৱাংতে ॥

চহি ৪৩০০ লোমগী মমাংদগী ঙসিকাওবগী মরী মথোং হৌরকলোন কংলৈ ঈয়েক লৈরম্বা মরম্না নিংথিনা লৈবা ঙম্বনি ॥ থুদ ঙইনা ৱক সলাই নমথকা নিংথৌরোন উরগা থঙগনি ॥ লুৱাং সলাইগী মিৱাং (ব্লব লাইনেক্স) ফাক্কংপদা লাঈনা উগনি ॥ লুৱাং নিংথৌন ঙল্লিবৈঙ মতমদ লৈগা অঙাইপীগা পাম্নহুনা নোংতমলেল অৱাংপা পাক্লকপা মতমগী মমাংদা লৈখিবা ৱান্থ ইহুনা লৈরম্মী ॥ মহাক্কী মতু দ অমুক লাকথিবা লৈথমলেল চহুনা পেকপা পোথাং, মথংদ পাল্লকপা লেঙ্গুংঙানপীনা পোকপা পোংহন, পিসিনহুনা পাকপা হৈলোংলেল লোংচুমপা, পিসিন খোমপীন খোমপীনা পোকপা হৈলোংঙাং, হৈলোংলেল, পিয়াইহুনা পোকপা থোংঙালেল পোংলৈতোন অম্নুম্না মথং মথং সমথরকপসিনা খৃস্তগী মমাংগী ৱারীনি ॥ খৃস্তনা পোক্লবা মতুং চহি ৩৩ সুবদা পান্বা নিংথৌ নোংতা লাইলেল পাথংপা হাঈরিবসিগা পোইলৈতোননা লুৱাংচাং লোমদগী থুনথোরকপগা মাইচানহুনা, চাইন পুংথোম্নহুনা ৱারী মথা পরেং কয়া ঙাথরক্লে ॥ (৩৬)

---

(৩৫) ৱা: খি: স: অ: পু: পুয়া ॥

(i) লুৱাংলোন পুয়া ॥
(ii) পুভীল পুয়া ॥
(iii) লৈথক লৈখারোল পুয়া ॥
(iv) বৈশেমলোল অলিপা ॥
(v) পোইলৈবোন খুনথোকপা ॥
(vi) চৈথারোল কুম্বাবা ॥ অসিনচিংবা য়েংউ ॥

রাকোকলোন ঙাসাপ্যাকী সিংকক, খমঅোই য়াংঅোই সেকনিং, রাকোকলোন খিলেল সলাই অমাইলোন, রাকোকলোন খিলেল সলাই অমাইলোন পুকোক, রাচেৎলোন পাথুপ অসিনচিংব ঈয়েক ঈপী ১৮ না ইরম্ব। পুয়া কয়ানা তাকপগী মতুং ইন্না হি ৪৩০০ গী মমাংদগী লৈরমলব। ঈয়েক ঈপী ১৮ অমম্তুং মহাক লোইনবা চৈতপ, লোম-লুব, চৈসীং ( নিউমরেলস ) অসিগী মপান্না অমুক কুপ্ল কুপ্লবা চিনকা পুবা ওমলরোইদবা হোরকলোনগী ( হিস্তরিগী ) তাংকক কয়া মীসক মীসিং খোথোকক। কোন্না কোন্নন খোৎচিন-হৌবা ওম্বনি॥ খুন্তনা পোকত্রৈঙেগী নিংথৌরোল মীরোল কয়া কয়া খমঅোই য়াংঅোই সেকনিং পুয়ানা থারমলিবসিন্নু ঈয়েক অসি চৎনরম্বননি॥ থুদম ওগনা মঙাং নিংথৌ, ঙাসাপা নিংথৌতা নম্তনা সাককপা, রাংককপা, তাংকোনপা, ককলা হেমচেং লমপীং-সেল, পিতিংকোই, লমাপঙা, নিংথৌ ঙাকম্বুতোনলোংপা লৈমা উলুম খাউচাওপী, লৈমা তান্নু, নিংথৌ কাংপা, মলিয়া ফমপালচা অসিনচিংবগী মিয়াৎলোন মাংখিবা লৈত্রি॥ (৩৭)

অমুম্মা সলাই তরেৎ খাইরকপদগীনা পাল্লকপা খুন্তগী মমাংগী মীরোল কয়া নিংথৌরোল কয়াগী হাক্তকগী কংলৈ ঈয়েক ১৮ অসি চৎনরক্লে॥ লাইনিং লম্বীগী পুয়া রাচেৎলোন পাথুপ, থৌ-রান সকলোন, পোলপিলাং, সলাই পুতীল খিলেল, লৈসেমলোন অলিপ, পানথোইপী খোংথুল, খমঅোই য়াংঅোই সেকনিং, লাই-মিংলোন, পাকল লমপুপা য়াংপী খিলেল, রাকোকলোন ঙাসাপাকী সিংকক, মিয়াৎতা সিংকক, নিংথৌলোন লমপুপা, খুমুংলোন, সাকোক খিলেল, সাকোক লমলেন অহানবা, সাকোক সলাই খিলেল, লালৈ লাথুপ খিলেল অসিনচিংবা পুয়ামক ঈয়েক ১৮ না লোইনা ইরম্মী॥ ঈনিংথৌ পামহৈবা হাক্তক কাওবদা পুয়া মৈ

(৩৭) খমঅোই য়াংঅোই সেকনিং পুয়াঃ পনঃ ৪। তাং ১৫॥

থাজ্রিবৈগী মমাংদদি ঈয়েক ১৮ চংনৰম্মী ॥ (৩৮) সান্তদাসনা ৰামগী লাইনিং সন্দোকতুনা সংস্কৃত ৰাহৈ কয়া ঈয়েক কয়া কংলৈয়োল্লা। নমত্তনা পুসিন্নবা তোংনৰম্মা মতমদা ইৰম্বা খুংসেম চংলবা পুয়াদা ফাওবা "ৰাবন" বু "লাপোল" হায়ৰম্মী ৰাধাবু "লাথা" ৰামবু "লাম" অম্নুম্না ইৰম্মী ॥ "ৰাম" হায়বা ৰাহৈসি ইবদা বেঙ্গলি ময়েকী আশামিনা সিজিন্নৰিবা "ৰ" মবুক কাংপী অসি চপ মান্নবা হাপচিল্লবা অমম্বুং "শ্রী রাম" ইবা মতমদা বেঙ্গলী ময়েকী চপ চানা মশি ত্তননবা হাপচিল্লগা "শ্রী" চংলবা মতমদা নৌনা ইথোক্লগা পুয়া কয়াদা "ব", "ভ", "গ", "ঘ", "জ", "ঝ", দ, ধ, ষ, শ, য, ড়, ঢ়, ট, ঠ, ড, ঢ, ণ, এও অসিগ নচিংবসিদি সিজিন্নৰমদে। (৩৯) খুদম ওইনা "য়ুমসালোন"দা কৌবা পুয়াসিদা "শ্রী রাম" ইরে ॥ বেঙ্গলী লিপিগী "ৰ" মবুক কাংপি অনিমক চংলে পুয়া ইবদা থেংচিন্বা হোৰে ॥ অদুবু "ৰাবন" হায়না ইৰকপদদি "ৰ" চংলবনিনা "ৰা" অত্তুম ইৰি "বন" ইৰকপদদি "পোল" হায়না ইশি, পুল্লিন্নগা "ৰাপোল" ইৰি ॥ (৪০) গুরু ইবদসু "গু" অসি "কু" ইৰি পুল্লগা "কুরু" অম্নুম্না ইৰি ॥ অম্নুম্না "ৰ" "শ্রী" তমক হান্না চংলকপা হৌথি অতৈদি কাইনথংদা চংলকপনি ॥ মসিদগী য়াম্না লাইনা খঙলে মতুদি নিংথৌ পামহৈবগী মমাংদদি ঈয়েক ১৮ অমম্বুং লোম-লুম তপ্পগা অরাম অয়াং, মালেমসিদা লৈৰিবা লোল অয়াম্বা ইবা য়ারব ১৮ গী ঈয়েক কাংলোনসি ত্তসংনা চংনৰম্মী ॥

---

(৩৮) "লাইলিক অসি কলিপিনিৰাচা মহালাচকী হাকথকতা সিদথোকপনে লেপনা থংপিজো ॥
কলিপিনিৰাচা মহালাচা হাকথক ফাউপতা চৈহৈ কুমসিং লিচৈশিগু চৈচত ৩১০৭ সুলাপনে ॥"
ৰা: থি: স: অ: পু: পুয়া ॥

(৩৯) কংলৈ ঈয়েক : A Thesis on Meetei Eyek তা য়েংউ ॥

(৪০) য়ুমসালোন ( পামহৈবগী তুংদা সেম্বা ) পুয়াদা য়েংউ ॥

নিংথৌলোন ইরম্বা পুয়া মীয়াংতা সিংকক, নিংথৌলোন লমপুবা, নিংথৌলোন সিংকক, মোইলাং নিংথৌলোন লমপুপা পুয়মকপু ঈয়েক ১৮ দা ইরম ওাক্তনি। থৌয়াইমিচাক খেনচংলোন, মুমিং খেনচংলোন, থা খেনচংলোন, লৈচিললোন, শুমিং চৈচংলোন পুয়মক ঈ.য়ক ১৮ দা লোইনা ইরম্বা ওাক্তনি ।। (৪১)

কৌপালু চীংকোইলোন, লাংকোল চীংকোইলোন, হৈপোক চীংকোইলোন, থাংচীং চীংকোইলোন, থাংকা চী.সংলোন, লংমাইচীংকোইলোন, চীংলোন লাইহুই অসিনচিংবা পুয়া পুয়মক কংলৈ ঈয়েক ১৮ দা ইরম ওাক্তনি ।। পামহৈবশী তুংদা দেবনাগরি, বেঙ্গলী লিপিনচিংবদগী ময়েক হাপচিন্দুনা সিন্দোক্লব কাওবদা দ গী মহুং "ও", ধ গী মহুং "থ", গ গী মহুং "ক" ঘ গী মহুং "খ", জ গী মহুং "চ" ঝ গী মহুং "স", ব গী মহুং "প", ভ গী মহুং "ফ" র গী মহুং ল, অসুম্না অয়াম্বা লেংদনা সিজিন্নরিবসিন। ঈয়েক ১৮ না পুয়ামৈ থাদোক্লিঙৈশী অশেংবা ঈয়েক্কি হ.ঈবসি কনানসু ককপা ওমলোই। (৪২)

ওসি উরিবা ঈস্কাল তুরেল অচৌবসিনা কংলা মহুংদা কাওহুনা তুবং চেক্লিঙৈদগী তুরেলনা হোংলকপগী মতুং ইন্না কংলাগী কোকলেন্দা থেংকংহুনা চেনখব। মতুংদা ওইবা কংলাগী মকওং মক্তম ত.ক্তনা য়েক্লব। কংলাগী পাকল (মেপ) অসিদসু ঈয়েক ১৮ না অমত্তা কাঈদনা হুহুনা লৈরি। (৪৩) লোম লুর তপ্পুনা ব, ভ, গ, ঘ, জ, ঝ, দ, ধ নচিংবা ইবা য়াই মালেমসিগী লোল ·পুয়মক ইবা য়াবগী অমদি ময়েক খোম্মোক ৬৪ হেন্না ঈয়েক ১৮ না ইবা ওম্বগী মতিক চাবা খুদম চাংদম উৎহুনা তাক্লমই ।। (৪৪) নৌনা হোংলকপা পামহৈবগী মতমগী তুরেলবু

(৪৩) কংলৈপাক মীতৈ ঈনফম কংলৈ পাকল পুয়া।

(৪৪) কংলৈপাক মীতৈ ঈনফম কংলৈ পাকল পুয়া য়েংথিম্নু।

"অনৌবা তুরেল" হায়রদুনা লোম-লুম তপ্পুনা ইবা অসি অসেং তসেংনা উৎলম্মী। তাংকক কিরেপ কয়াসিনা মীপুম খুদিংদা পিরে মহুদি কংলৈ ইয়েক ১৮ অসি চহি ৪০০০ গী মমাংদগী পামহৈবা নিংথৌ হাক্তক ফাওবদি তসেংনা কংলৈপাক অসিগী কংলৈলোনবু মথোং সামদুনা তৎহনবা লৈতনা পুদুনা লাকখি। মসিমনু খওহল্লে মহুদি কংলৈ ঈয়েক ১৮ অসিগা সাগোম্ননা য়াওরবা লোনলুম ঈয়েক অসি তপ্লগা মালেমসিগী লোলগী ময়েকী খোংথোক ৬৪ দগী হেন্না ইবা ওয়গী চৎনবিনু লৈরমলে।

## পুয়া মৈথাবা ॥

### ( কংলৈ ঈয়েক ১৮ লোৎসিনখিবা )

( খৃঃ তুং ১৭০৯— খৃঃ তুঃ ১৭৪৮ )

কংলৈ ইয়েক ১৮ না পুয়া শাতম পুম্নমক খোমগৎদুনা কংলা উত্রাবাংদা মৈ থাখিবা অসি নিংথৌ পামহৈবা হাক্তকনি। নিংথৌ প্যামহৈবা মলিয়াকম চহিরোল ৩১০৬ তগী ৩১৪৫ ( খৃঃ ১৬০৯ দগী ১৭৪৮ ) ফাওবা চহি ৩৯ পাল্লম্মনি। মহাক্না পাল্লবা মতুং মতম খরদি ইয়েক ১৮ অসি কাঈদনা চৎনরম্মী।। পামহৈবনা লাইনিং ওন্দুনা হিন্দু ধর্ম্ম লৌরদুনা কংলৈ নিংথৌসিংগী মরক্তা ইহান হানবা ওইনা সংস্কৃত লোলগী মিং গরিবনিরাজ মহারাজ ' হাঈনা উকম থুগাইদুনা খোল্লবকাওবদা ইরম্বা পুয়াদা "কলিপিনিয়াচা মহালাচা" হাইনা অদুম্মক ইরম্মী।। (৪৫)

"গরিবনিরাজ মহারাজ" হাঈবা রাহৈ অসি কংলৈ ঈয়েক ১৮ দ লোম লুম তপ্লগা মসানা অদুম ইবা য়াবনি।। খুদম ওইনা অসেংবা কংলৈ ঈয়েক্না, 'কোক+লোম+লাই+লোম+ইনপ

৪৫। রাকোললোল থিলেল সলাই অমাইলোন পুকোক লাঃ ১।

+পালোনসুম+লোম+ না+ইনপ+রাই+চীল+লোম= গরিবনিরাজ অহুম তাজবনি ।। মিৎ+ছক+আতপ+লাই-লোম+আত প+চীল-লোম=গরিবনিরাজ অহুম তাজবনি ।। মিৎ+ছক+আতপ+চিললোম=মহারাজ হাঈহুনা লোনচন কাওবা (বনান কাওবা তৌহুনা) চপ চনা ইরা য়াবনি ।। অহুদু হৌরবকম য়ুমকম চপ চানা তুংলমচৎনা উহৌননবা মাইচৌশিংনা থৌওইনা "কলিপিনিরাচা মহালাচা" হাইনা অহুম্মক ইরম্মী । মসিনসু গরিবনিরাজ হাকুক কাওবদা মতম থকদি কংলৈ ইয়েক ১৮ শী পোকম কাইদ্রি, চৎনরি হায়বা ভাকই ।। মলিয়াকম চহিরোল ৩১১৪ শুবা ( খৃ: ১৭১৭ ) মেরা থাগী থাজিন্দা গরিবনিরাজ মহারাজ মাগী গুরু গোপালদাসতা লাইমিং লৌখি ॥ (৪৬)

চৈথারোল কুম্বাবনা হাই— গরিবনিরাজ নিংথৌনা গোপাল দাসতা লাইমিং লৌবা মেরা থাগী ৫ নি পানবা ইরাই সুমিত্তদি মোংবহনবা উংলেন ( কৌজিক মহাবলী হায়না খংনপ্রবা ) ইপা-ইপুগী থুকম অসিদা খোংনাং অমা মপান মরা ফুক্তোকুনা তুথি অহুগা মত্তামতা লেপখৎখি ।। ৪৭) মাইচৌসিংনদি মোমোন মোমোন নোকচখি, কংলৈশাককী কংলৈ লৌচৎ অশিবনু কনা কুকুৎতুনা হোৎনগে থল্লবসু অমুক চোংখৎলক্কুনা হেন্না চাওনা হৌগৎলকখিগনি, য়েক সলাইগী মচাসা করিশু সুংশা থিরুক্ত কনানসু ঐথেংমদগী কংলৈরোন ইন্থুবা ওইথোক্লরোই হায়হুনা সুংবংনরমলবা কংলৈচাসিংদা সুংগী মিৎপু পাংহনখি ।।

মলিয়াকম চহিরোন ৩১১৭ শুবা ( খৃঃ ১৭২০ ) অসিগী ইঙা থাদা গোসাই অধনচিংনা মীরানচা ১১ থোরক্লে ।। সিলোৎ-তগী সান্তদাস মহন্ত মনাই ভগবানদাস অমসুং নরানদাস পুহুনা

৪৬। চৈথারোল কুম্বাবা —'থা অহুগী থাচিন্দা গুরু গোপালদাসদা নিংথেম্নচিংনা লাইমিং লৌএ ।।'

৪৭। "খোংনাং অমা মপান মরা লোইনন। তুবনু মথনবা হৌগৎখিএ ।।" চৈথারোল কুম্বাবা : লা: ৬৬ ।।

নিংথেমগী গুরু মকোক কারে। কৃষ্ণগী ওয়োং লাইসং সুমিৎ ১০০ নি চংনা সাহ্না থরানগী ২২ নি পাম্বা য়ুমসকৈসদা সঙ্গারে ॥ খৃঃ ১৭২৩ গী লাংবন থাদা উমংলাই ৯ মককী লাইসংসু লম্মাবী অনিমকী ল ইসংসু ল ই য়াগগুসি খুভম থুগাইরসি হায়হ্না থুদেক-খি ॥ (৪৮) লাইনিংথৌ নোংসাবা, লাই ন থৌ তাইবং খাইবা, পানথোইবী, ঈমথৈলাই ৪ মককী লাইগী থবকসু হিয়াংগৈ থাগী থানিল ইরাই সুমিৎ খৃঃ ১৭২৩ দগী বামোন্দ সিমথোকখি। (৪৯) খৃ: ১৭২৪ মলিয়াফম চহিরোন ৩১২১ গী লমদা থাগী ২০ নি পাম্ব নোংমাইজিং সুমিৎতগীদি নিংথেম পামহৈবনা মবুথৌ মরামবু মৈদা হক্তুন নিংথি তুরেন্দা তুম চৎলি ॥ সুমিৎসিংগী নিংথেম হায়না মমালেললনা খুংনরম্বা রাহৈবুসু মমারোল তোক-তুনা "মহারাজ" কৌবা হৌরে ॥ (৫০) খৃঃ ১৭২৬ কী ইঙেল থাগী ২০ নি পানবা নিংথৌকাবা সুমিৎতা লাইনিংথৌ (সনামহী); পানথোইবী, লাইরা হায়বা লমমাপী ২ মক, সলাইলেল সিদবা, হুইদোল পেকপী ইপা ঈপুগী লাই ৭ লেইনা থুগাইরে ॥ (৫১)

মলিয়াফম চহিরোন ৩১২৬ সুবদা ইঙা থাগী ১৬ নি পানবা নোংমাইজিং সুমিত্তা সনা কৈথেলদা য়ুবা সুংবু হনুমানগী মূর্তি সাননবা মোংবহনবা (মহাবলী) উমংদা চিংসল্লে। (৫২) অদুগা ঙরাংতা হনুমানগী সক্তম য়েকসিন্দুনা হক্তুনা সেমখিবা অসি লৈনুংদগী ইকুই কুইদনা হন্দক্তা কংখিবা মীয়াম্না য়েংনখিবা অদুদা অঃ থাগেন্বা হাক্তকা সারবা সুংগি, থাম্বিবা অনৌবাময়েক

৪৮। চৈথারোল কুম্বাবা॥
৪৯। চৈথারোল কুম্বাবা॥
৫০। চৈথারোল কুম্বাবা॥
৫১। চৈথারোল কুম্বাবা
৫২। চৈথারোল কুম্বাবা

অহ্রু খাংগম্বা হাক্তক্তগী চৎনরম্বনি হায়হুনা অখণ্ডবা মানবা খননা নহা য়াল অহম্লোনসিংদা য়াম্না কম্না সম্দোকখি ।। মতুংগী ময়েক অহ্রু কম্না সম্দেরকপা য়াওরবদি কংলৈচা পুম্নমক্না ময়েক অসেংবা চৎনহন্দনবা থোইনসিন্নি খণ্ডবহুনা মসক খণ্ডজনবিয়ু ।।

খৃঃ ১৭২৯ মসিয়াকম চংিরোন ৩১২৬ কী য়াকচিংগী থানিল য়ুমসকৈসা হুমিত্তা গরিবনিরাজমু মহাক্কী গুরুমু বাসরুহুনা লিলোংব দা ঈরুপ্লে ।। হুমিং অসিদগী গরিবনিরাজবু লুকুন (লু+কুন) থাংবিখি। (৫৩) মতুং ভারকপদা চৈথরোল কুম্বাবনা হাই— "এয়াং লমদগী ঠাকুর মহন্তনচিংবা সাগৈ খিবিক য়াওনা (ভোগুন ভোগুনবা ময়াং সাগৈ ময়াম) গুরুন কোথোক্লকএ।"—লাইরেনথুম ইবুংভোহল অমসুং এন, খেলচন্দ্রনা সম্পাদক ওইবা "চৈথারোল কুম্বাব." লাইরিক্কী লামাই ৮১ মুবদা য়েংবিয়ু ।।

খৃঃ ১৭৩৭ হিয়াংগৈ থানিল সগোলসেন হুমিত্তমু নিংথেম্না অমুক্তহন্না লুকুন থাংবা য়াওশিন্দুনা মী ৩০০ পুম্না লুকুন থাংখি ।।(৫৪) খৃঃ ১৭৩৯ ইঙেল ৫ নি পানবা থাজ হুমিত্তদি থাংকসাইনা চিংহুনা লুকুন থাংগিনু হায়জবসিংমু নমহুনা থাংলে ।। (৫৫)

অসিগুম্বা কংলৈ ঈয়েকপু খোংগাওনরকপা ভাংকক কয়াসিদদি কংলৈ ঈয়েক ১৮ অসি ওম্বোক্লা য়ানা মুংসি মুংসি থাংলম্লগা সান্তদাস মহন্তগী পাউভাক লৌহুনা পুয়া পুম্নমক খোমগংহুনা উত্রা মমাংদা পৈরো লোইনা মৈ থাদোকপা ভারে হায়রব্রবদা লুদা লুবা পুয়ামথৈ তপ্না তপ্না নাসোন পিক্লা লোৎশিনখি ।। খওা অমনা নৌনা সিন্দোকহৌরগা পিথোকখি ।।

---

৫৩। চৈথারোল কুম্বাবা

৫৪। চৈথারোল কুম্বাবা

৫৫। চৈথারোল কুম্বাবা

কংলৈপাকী মথোন সংহৌয়গে খল্লুনা তেমসিংক্লবা কংলৈ-পাককী হুমিং তায়কদোয়বা মতমদুদা ওসি লৈয়িবসিগুমা থাইনা লৈয়বা পুকচাক তানবা ওইজ ওইখক্তগী হেন্না অতৈ পংথন খজনবগী কোক মওং তাবা অমা লৈজত্রবা কংলৈচা থৌনা করবা কয়ানা মমালোলগী কংলৈ ঈয়েক ১৮ না ইজবা পুয়া কয়া অহিং তুমদনা খোমগংখি। মৈ থাদোক্লবগীদমক্তা কংলা উত্রামাংদা পৈখি। মতুদা খোমগংপা ওমখিবা পুয়াসিং অহু মীয়ত্তা সিংকক পুয়ানা খোংচিল্লুনা থনম্বগী মতুং ইন্নদি মথাগীশিং অসিনি:—

(১) তাউলোইনাই য়াংপী (২) পাখংপা য়াংপী (৩) তাউ-লোনাই পিচা (৪) পাখংপা নাউয়োম (৫) সনামহি নাউ-য়ে ম (৬) সনামহি লমহিং (৭) সনামহি লাহুই (৮) পাখংবা পাইহুই (৯) সনামহি লাইখললোন (১০) লৈথক লৈখালোন (১১) লৈখা নোংখালোন (১২) লৈচিললোন য়াংপী (১৩) নোংলোন ঈমপী (১৪) নোংলোন লাইসম (১৫) নোংলোন কংথোং (১৬) নোংতোন লাই পুং (১৭) নোংতোন লৈচিল লোল (১৮) লৈলোন য়ুমচেংপা (১৯) লৈচিললোন নাউয়োম (২০) লৈপাক্তা হৌপা লৈচিললোন (২১) লৈহুং লমপুপা (২২) সাকোক থিলেল (২৩) থিলেল সিংকাংপা (২৪) খুহুংসিংকাংপা (২৫) থিলেল ২লম লীপা (২৬) থিলেল লায়াং (২৭) থিলেল লাইচম্ (২৮) থিলেল চেংপী (২৯) থিলেল থিলোংপা (৩০) থিলেল কাংথোং (৩১) লৈসাংখোং থিলেল (৩২) অমুপী থিলেল (৩৩) লমাইচিং থিলেল (৩৪) হৈপোক থিলেল (৩৫) লাংকোন থিলেল (৩৬) কৌপলু থিলেল (৩৭) থাংচিং লাংথৈ (৩৮) চিংথৈ লাংথৈ (৩৯) চিংঙ্গা লাংথৈ (৪০) ললহামপুং লাংথৈ (৪১) য়াংপলেল সেকনিং (৪২) হুংলোন লমপুপা (৪৩) হুংলোন য়ুমপী (৪৪) হুংলোন কালা (৪৫) হুংলোন লাইচম (৪৬) খোই মহৌ

(৪৭) মহৌ লাংপুম (৪৮) মহৌ চানখেন (৪৯) মহৌ সেকনিং (৫০) মহৌ খিচপোক (৫১) মহৌ লাংপুম খেন (৫২) তানখোং মহৌ (৫৩) লেমখোং মহৌ (৫৪) নোংপাই মহৌ (৫৫) লৈচৌ মহৌ (৫৬) য়ুমপী মহৌ (৫৭) খেন-খন মহৌ (৫৮) লৈচা মহৌ (৫৯) খেনকা মহৌ (৬০) নোংলোন মহৌ (৬১) লৈলোই মহৌ (৬২) চকপলোন মহৌ (৬৩) লিল লাংসং (৬৪) কিথুম মহৌ (৬৫) চকপালোন (৬৬) চকপালোন খেনকাপা (৬৭) কোনং হুংপুংকোইপা (৬৮) পাত্তান লাংপুম (৬৯) নোংতোন হিলি (৭০) খুনুং সোংপুম (৭১) খিয়ানলোন (৭২) মলাংলোন (৭৩) চুলাংলোন (৭৪) মালাকলোন (৭৫) হিলি লংসূংলোন (৭৬) চোংখুলোন (৭৭) খামপীলোন (৭৮) লায়াং খেংকৌলোন (৭৯) অপোকলোন (৮০) অপোক লাংপুমলোন (৮১) লংমাইচিং চিংকোইলোন (৮২) হৈপোক চিংকোইলোন (৮৩) চিংখাং চিংকোইলোন (৮৪) কৌপালু চিংকোইলোন (৮৫) লোইচিং চিংকোইলোন (৮৬) কুমচেং কোককাইলোন (৮৭) চোংখু লমপী (৮৮) খুনুং পুংকোইলোন (৮৯) খামী খেনলোন (৯০) খুনখোক য়াংপী (৯১) চিংসংলোন (৯২) মহৌয়াংপী (৯৩) উলোন (৯৪) রালোন (৯৫) পাপোং খাংচাংলোন (৯৬) সংপুম লাংপুমলোন (৯৭) খায়াং হিপুলোন (৯৮) সিংথল লাংকল লোন (৯৯) সিংত্তাপুং (১০০) সেকনিং (১০১) প্যোইলৈতোন খুম্বোকপা (১০২) পোইলৈতোন নিংচং (১০৩) খমওই য়াংওই সেকনিং (১০৪) সনামহি খিলেল (১০৫) পখপা খিলেল (১০৬) নোংসাপা খুম্বোক (১০৭) হুংপী হু খালোন (১০৮) কোংখাং লাইচৌ (১০৯) সেলে ই নিংচংলোন (১১০) পাকল উংহৌ (১১১) সনামহি লাইকনলোন ।।

মীয়াংত্তা সিংকক পুয়ানা হাঈ-হায়রিবা পুয়াসিং অসিনে খা-রাংদগী খোমগংলকপা পুয়া কয়াঅমনে কংলা উত্তামাংদা পৈত্থনা

উচুক য়ুংছুনা উচিয়া য়ুংছুনা মৈ কোইছুনা নিংথৌনা ছুং ইয়ে, সাত্তিদাসনা মাং থানা মৈ চুয়ে। (৫৬) পুয়া অমত্তুং লোংলম্বা থেংনবদা অহকপা অৱাকম তাহয়ে।। লৈপাক মীয়াম য়েংহল্দুনা কংলৈ পুয়া ময়ামছু উং ওনহনবদা য়াওহনখি।

অছুবু কংলৈ ঈয়েক ১৮ মাংবা লৈখিয়ে। লাইনা য়োকপা ঈয়েক ওইছুনা কয়া অমদি কনানসু খণ্ডহল্লনা চহি চা কয়া লোংলেম্বা লৈহৌয়ে। মীয়াংতা সিংককনা হাঙ্গ পুয়া কয়া অমদি মৈকমদনী পাইখি চাকপা ওমখিয়ে। য়ায়া লুরিবদি পুয়া-সিনা অমুকম হায়রি হুমাই ১০ রক শুনা হপদদি "সাকোক খিলেল" হায়বা পুয়াদি লাইরিক অয়াম্বা অছুবু মৈগা লোইননা চাইথাইরমছুনা মচি সাকোকচীং কৌবা চীং মতা কবদা তায়ে। কংলৈচাসিংনা হংনছুনা লৈহৌরি—কয়িনী সাকোক খিলেলনা মৈ হৌগৎলক্লিবা পুয়া ময়ামবু মৈগা কোয়নী চাইথাইহনগা পাই-খিবনো? পুয়া কয়া মৈ চাকখিদে হাঙ্গৈরিবসিনা করিনো? ঈপু খোংনাং থাবানা (খোংলৈ থাবনা) কয়িনী কনাসু খণ্ডহন্নমদনা মাওখিবা?

---

(৫৬) মীয়াংতা সিংকক পুয়াদা য়েংখিবু।

# পুয়া সেমজিল্লকপা

## ( খ্রীঃ চুং ১৭০৯—খ্রীঃ চুং ১৯৪১ )

পুয়া সেমজিল্লকপগী য়ায়ী অসিদি য়ায়া নৈনরুদবা মীনম্নু য়ায়া লাঙ্গনা খণ্ডলবা য়ানি। ইকুই কুইদনা রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগী সনা হাক্তা সংস্কৃত লোলগাক্না ইহ্নুনা থম্মীরম্বা "গোবিন্দ লিলা বিলাস" কৌবা জগোইগী পুয়া লাইরিক অমা লৈরমলে হাঙ্গহুনা অনৌবা চেদা নৈকাং চাংম্নুনা পুথোকপদগী জগোইগী অথং অহৈ চোংথোরক্নুনা কেস চংথয়কপদগী পুয়া সাজিনম্বা পুয়াম্বু সংস্কৃত লোলগাক্না ইরম্মী হাঙ্গজিম্নুনা ইমিংথৌ ইবুংঙো চিংথংখোম্বু মিংচং থিহনবা তৌরম্বা খবর পাউচে কয়া, চেনাই কয়াদা ময়ায়া থেংনপ্রবনি। লাইরিক অহ্নুঃ লিস কয়া চঙনা মথুম অথাবন। পাম্নুনা মমল য়ায়া য়ায়া লৌহ্নুনা য়োল্লমলবনি। কেস তৌরক-পদগী সাজিনবা লাইরিক ওইরমহুনা মনিপুরী সাহিত্য পরিষদকী খৌবুলেল ( সেক্রেতরি ) ওইরম্বা সুপা অখণ্ড অহৈ নৈপাক্না ময়া চংলবা অমম্নু কেসতুদা তসেংনা লৌতুনয়মহুনা মীয়ামগী মাঙদা সাক্তোংখিবহুনি। অহুনা সেমজিন সাজিল্লকপা অসি ঙসিফাওবা লোইজ্রি হাঙ্গনা লৌবদা থোইনা অয়ানবা নৈ'রাই।

সংস্কৃত ঙাক্তনা ইরম্মী হাঙ্গহুনা কংলৈ ঈরেকপূ তসেংনা সিংনয়বা, ইপানাং ঈপুনাংপূ তশেংনা মাংলসহু হায়হুনা সেম-লংলবা লাইরিক অহুবু মপুকচেল চাউবা মরৈবাকী রাখল চেনবা মীওইসিং অহুনা চেনেঞ্জ অহু তে'রমত্রবদম্নু ঙসিদি ওইরবোই নিংলোইদবগী মরম নৈত্রবনি। সরকারগী মিচং মিথাই নাইদবা মিংয়েংনা চুম্না য়েংথিখিবহুনা কংলৈচাসিংগী মরাইবক কহৌবনি। অচুম্বা উথিবা সরকারগী লোইসংবু তসেংনা থাগৎতবা য়ারোই।

মথক্কী য়াম্ন। লাইবা থূদম অসিনা থওহল্লি মহুদি ওসিনু লাইরিক হৈবা য়াওনা পুম্না সেমজিনবদি লৈপল্লি। অদু ওইরবদি থাইনতৈগী ঈসিং হাঙরদি মাংলে ঈবাগোল মুৎথিনবা “জল” হায়রু, য়েক অমাই মুৎথিনবা হৌরককম মাংথিনবা “গোত্র” হায়না কৌনবা হোৎনবা, সেংনা লৈজখ্বা পুম্নাদা পুয়াগী মতিক মম্নাই য়াওদনবা, পুম্না ওইবা য়াদনবা গোত্র ময়াম অমা থোমজিন্দুনা থম্মীরম্বা অদুনা অসেংবনি হায়না মীচম পূম্নমক্না লৌ হায়বহুগী মত ংহুদদি কম্না য়াম্না তৌবা য়াবমথৈ তৌরমলগদগে হায়বহু মিং উইশিল্লগা অমুক্তং য়েংলবদি সোয়দনা তু চুংগনি।

হৌজিক ফংমল্লিবা পুয়াসিংগী মতুংদগী অমা হেক্তা থাংগৎলগা য়েংসি। ‘য়ুমসালোন” কৌবা পুম্না অসি লামাই ২১ প্যানবা মথেক মথেক তৌবা অসাংবা চেবুমদা ইরম্বা লাইরিক্নি। লাই-রিকসিদা চেনা ২১ থক্তংগী মতুংদা মালেমসিগী কনাগুম্বা অথং অহৈ অমত্তন বেঙ্গলি লিপিগী ময়েক কংলৈ ঈয়েক্তা মরী অমত্তা লৈনদবা বেঙ্গলি কিগর ৩০৫ য়োম য়াওরি। চৈসিং ঈয়েকনু ১, ২, ৩, ৪, ৫, ৬, ৭, ৮, ৯, ১০ বেঙ্গলিগী ভগেংবা অঙ্ক (নিউমরেলস) ময়েকসিং অসিওক্তা সিজিন্নৈ। পুয়াসিগী অহানবা লাঃ দা শ্রীরাম চন্দ্র হায়না থাহুনা তেন ১ গা তেনজৈ ১ গা পাইবা ইনচি ২ য়োম য়াংবা য়ামগী ১কতম ১ য়েকই, নাকলা সিতা সাবা লুগী ১ য়েকই, হন্দুয়াল থাবা মথৈ পানবা ১ য়েকই, য়াপোল থাবা মথুং ৮ মকোক ৮ পানবা ১ য়ু ময়াইগী মথাদা য়েকই; ময়াই ইথং থওবা সিতাগী মখা হেক থংবদা আওয়া কুরু হায়না থাবা অমদু য়েকই। অদুম্না লাঃ অহানবদা লাই ৯ থক য়েকপদগী পুয়াসি হৌই। ইবা হৌবনা “অজি (সংস্কৃতকী থূদম ১ নি) শ্রীরামম চন্দ্রপু থুরুমবনে” হায়না অহানবা পরেং হৌই ।।

ময়েক মসিংদা য়েংলগনা ময়েক ২০ মুক্তা ইবা পুরানি। মসিদা গুরুমুখি লিপিদগী লৌবা "ব" আসামিসিংন। সিভিয়বা "য়" মবুক কাংপী, বেঙ্গলি ময়েক্কী "শ" ত অসিগা বেঙ্গলিগী ভসেংবা "এ", অহ মঙাং ময়ামগা অসি য়ানসিন্নরে। পুয়াসি কংলৈ ঈয়েক ১৮ না অমুক ইথোক্লবদি হেনজিনবা ফকথংহুনা হায়গীহুতা থমুনা ঈয়েক ১৮ গী পুয়া ওইনা লৈপাক্না য়ানা অমুক ইথংত্রিবকাওবদি মালেমসিদা লৈরিবা কনানম্ব কংলৈপাক্কী অসেংবা পুয়ানি হায়রুবদা য়ায়রোই।

এল. ইবুংগোহল অমসুং এন, খেলচন্দ্র অনিনা সম্পাদক ওইহুনা কোংলিবা মমল লুপা ১৫ পিহুনা য়োল্লিবা "চৈথারোল কুম্বাবা" কৌবা লাইরিক অসিদহ্ ইহান হম্না হেক হৌবদা "কলিগী কুমশিং ৩১৩৫ শুবদা মৈদিংগু পাখংবনা নিংথৌ ওইএ।" হায়হুনা ইবা হৌই। চহিরোল্লা হিন্দূগী শকাব্দদা হৌবদগী লৌইবকাওবা চংনরি।

মপোপ কায়ত্রিবা "নিংথৌরোল কুম্বাবা" লাইরিক্কী অহৌবা য়ারীদি শ্রীনরায়না কংলৈপাক্তা পানবদগী হৌই। শ্রীনরাননা শ্রীব্রহ্মা পোকএ, ব্রহ্মানা মোরিচি পোকএ, মোরিচিনা কাইসোপ পোকএ, কাইসোপনা সূর্য পোকএ, সূর্যনা বুদ্ধদেব পোকএ, বুদ্ধদেবনা শাবন্য মনু পোকএ, শাবন্য মনুনা ইন্দু পোকই. ইন্দুনা চিত্রকেতু, চিত্রকেতুনা চিত্রধজ্জ, চিত্রধজ্জনা চিত্রবিজ, চিত্রবিজনা চিত্র শাব্য, চিত্র শাব্যনা চিত্রবা, চিত্রবানা চিত্রংগা. চিত্রংগানা চিত্রংগদা চিত্রংগদানা বভ্রুবাহন, বভ্রুবাহনমা শুবাহু. শুবাহুনা ধর্ম্মাজ, ধর্ম্মাজনা হেমাদ পোকএ॥ মথংদা কলিগী কুমসিং ৩১৩৫ সুবদা পাখংবনা নিংথৌ ওইয়ে হায়না ইরি কংলৈপাক্কী হৌয়কলোন, মীহৌরোননি হায়হুনা পিরমজিবসিব উয়গা আর, য়াউন্দগুবা, ভি, সি; হমসনগুবা নোংচুপলোমগী অথঙ অহৈ

কয়ানা য়ায়া নোকনিংখি।। (৫৭) লাইরিক অসিদি ময়েক্কী খিংয়েংদা য়েংলবদি কংলৈপাককী ময়েক অমা লেপহনবদা অকাইব পিবা নত্তনা বেঙ্গলি লিপিগী য়াইকহনবা নত্তনা অতৈ করিস্থু লোৎখৎনিংঙাই ওইদে।। (৫৮)

ঈয়োক ১৮ না ইরম্বা "খমঙোই য়াংয়োই সেকনিং" কৌবা পুয়া অসিমদি নৈথ বদগী চিংথহৌজনা তংশংবা পুয়াছু অমত্তা কাইদবা কংলে। হিংলিঙৈদা সায়গদবা পুজিয়োন সাজেন, সিখিবগী খোৱাইগী চৎনলমদাং খমজুং লম্বী ভাক্লিবা সেংলবা পুয়া অসিবু নৌনা "খমঙোই য়াঙোই" কৌত্নুনা সেমদোক্লুনা বেঙ্গলী দেবনাগরি লিপিদগী ময়েক হাপচিন্দুনা লোন্দাস্থু সংস্কৃতগী পুসিন পুসিন্দুনা পুয়াসি ভংখাই অমা মাঙহল্লমলে। মাঙহল্লবা পুয়াসিদা ইরি "ব্রহ্মা সুং বীঞ্চুসুং হয়ে ওইনা চংখিয়ে। সিংজি ইংগনা পিংগনা ২ মক" অম্বুয়া পুয়া ওইনা পুখোকপা য়াদনবা সেয়মলে। অছুবু অসেংবা অসিগা খানজুনা য়েংবদ সেমজিল্লকপমথৈ ইলাউ লাউনা উবা কংই। অসেংবা অসি নৈরম্বা ময়য়া সেমজিল্লবা "খমঙোই য়াংঙোই" অসি চৎমকম চয়কম সুকনৈমক নৈরয়োই।

লাইরিক অমা অমুক পাইখৎসি "পাখঙবা তুথেক নৈঙোং"। লাইরিক অসিদা ইরি "হরি কৌবা পাখঙবনা ভাইবঙপানবা সেমগে নিংছুনা য়ায়া মথবাক মরাইদা লাংগী মথক্তা "ব" মকী ময়ক্তা...অনা গুরু সিদবনা নিংলক্কনা..." অসিনচিংবা কয়া হাপচিনবা য়ামনবা হায়গী কংলৈ ঈয়েক্কনা ইবা য়াবত্ত বেঙ্গলি; দেবনাগরি লিপিগী ময়েক খোঁওইনা পুসিন্দুনা ইসিনলমলে। ময়েক্কী খিংয়েংদা য়েংলবদি লোৎখৎলুত্নুনা কংলৈচাসিংগী নিংবা কাইরকপা নত্তনা অতৈ করিমত্তা ওইরোই।

(৫৭) (i) Statistical Account of Manipur R. Brouwn
(ii) The Meitheis: T.C. Hudson. দা য়েংবিয়ু।
(৫৮) লমদমসিগী লোলনা নিংথৌ অমত্তগী মমিং থোক্নবা সংস্কৃতকী মিং ভাক্তা থোনবগী কৌবা রুবাবা হুদা য়েংবিয়ু।

"লৈময়েন সেকনিং" অমুক পাইসি।। লুয়বা য়াকম কয়া ইয়বা পুয়ানি. ওসিদি "শ্রী গুরুদেব নমঃ ন'ইয়িংথৌ নংবু থুরুমনা ইগে"। হাঙ্গনা মীমাং লেপ্পা য়ারোইদবা মওংদা সেমলে।। অহুমু হেন্না চুম্বা লৈময়েলগী মিংথৈ কংনরে, অয়াবা পুন্নমক থুদক থুদক্তা কাবা য়াবনি। ময়েক্কী মিংয়েংদা পুয়াসিমু য়েংবুয়বদি নিংবা কাইনিংঙাইনি।। বেঙ্গলিময়েক য়ান্না চ'সিজে।। ময়েক ২১/২২ য়োম্না ইবা লাইরিক্তি।।

"সীংথল" পুয়া লৌথংসি।। পুয়াসি থাকেমপা হাক্তা ইয়েক ১৮ না ইরম্বনি। ভাগ্যচন্দ্রগী মতুংদগীদি সেমদোকখ্রে।। "হে য়িমা খোয়ানী নমিংথ য়ু চেংমু পোকনৌ লোককংকাবী কৌএ" অমুয়া লুখুবা মিংথৈদা ময়াই চমহন্নবা মীয়োল হাপ্পা হৌরয়ে।। ময়েক্কী মিংয়েংদা য়েংলবদি থোইনা পংকান কায়দে, বেঙ্গলী য়ান্না য়াওসিল্লে।

ঈয়েক ১৮না ইরমা লৈসেমলেন অলিপা লাইরিক পাবা য়াই। নৌনা সেমদোকলকপদগী সংস্কৃত য়াহৈ য়ান্না য়াওসিন্দুনা মী অতৈনা অথেন্ত্রিক ওইবা মপোপ কাইদনা লৈবা লাইরিকনি হাঙ্গবা য়াবরোই।। "লৈকি মমিংথি ওঁ লৈমুৎসং,...... ওঁ মিত্রেঙ ওঁ কার ৯ মা অসিনে থঙও।।" অসিনচিংবা মাংথোক-মাংথোক্তুনা ভাংকক ফজরবা কয়া মাংহল্লে।। ময়েক্কী মিংয়েংদা য়েংলবদি গাউরাক্কা য়ানসিল্লবা অসিদা ময়েক ২৩ লোম্না ইবনি।

অহুগা রাখলদদি থরগীমথৈ চুম্না কাইহন্দনা লৈজবা অহুগা ময়েক ২/৩ গুমদঃ বেঙ্গলি দেবনাগরি, গুরুমুখি লিপিদগী থেৎচিন্নবা হোৎনরগা ইথোক্লম্বা কাংলুপ ১মু লৈরি। থুমম ওইনা "লৈমলেল লাংওনপানথোইপী থোংথুল" কৌবা পুথা অসি য়ায়ী কয়িবত্তা কাইত্রি, ময়েক্তা বেঙ্গলিগী "র" মবুক কংপীওবা ময়েক অনিয়োম য়ানসিল্লি।। মহু লোথে ক্লগা কয়িমত্তা কাঙদে।। "হুমিং কাপপা"

য়ারী কাইত্রি ময়েক ১৯ গুম্‌না। ইবনি বেঙ্গলি, দেবনাগরি লিপিদগী লৌবা ময়েক ১/৩ অসি কংলৈ ; ইয়েক অসেংবনা সিনজিন্নবদি করিমত্তা লেংদনা থম্বা য়াথিগনি ।। "খোংচোংহুপী নোংকালোন" ',লালৈ লাথুপ থিলেল' "মকমকী খোংলৈ" "মাইপলোন" থুমুংলোন সাকোক" অসি-চিংবা লাইরিকসিংসিদু বেঙ্গলি দেব নাগরিদগী লৌবা "য়" ববুক ফাংপী, গুরুমুখি লিপি-রোমদগী লৌব "ব" গুম্বা খরা য়াওসিল্লিংসি সেংদোক্লবদি পুয়াগী মতিক ময়াই করিমত্তা চমথিরোই ।। পুয়াসিংসিদি ময়েক্কী নিংয়েং লে মদগী য়েংলবদা ময়েক ১৮ দগী ২০ ফাওবগী মসীংনা ইবা ওাক্লনি ।।

বেঙ্গলি, দেব নাগরি, গুরুমুখি লিপিদগী ময়েক লৌসিন্বা হায়বসি থুংলোইদবনা মীয়ামদা থুংলোইহন্নবা মতম মতমদুদা চংনবা সেল ময়েক্তা "য়" মবুক ফাংপী "শ্রী" বেঙ্গলি ময়েক "ল" দেব নাগরি লিপিগী "শ্রী" নচিংবসি হক হক্তুনা কংলৈ-চাসিংগী মথিংতা তোইনা উহন্দুনা থুংলোইহন্নবা হোংলৈ। সেল ময়েক অয়াম্বা পরিবনিয়াজগী মতুংদদি বেঙ্গলি, দেব নাগরি অমসুং গুরুমুখি লিপিনা থাবা চংনহনখি ।। কনাগুম্বসিংনা মহু উরুরগা কংলৈপাক্কী ময়েক লোল অসি আর্য্যনী ময়েক লোলদগী পুহুনা তাংজহুনা সিজিন্নরবনি, কংলৈ ইমৈক্তি দেবনাগরিদগী মরু ওইনা খোয়কপনি হায়নরি । মসি হায়ননবা খোওইনা ময়েকসিং অহু পুয়াদ সেলদা কেনখিন্নবগী লাংলৌ অমনি হায়বদি ইমসানা তাজরবা য়ানি ।।

ময়েক সেমদোকপমদু নত্তে দুংদা সেংনা ইহুনা লৈজরম্ববুদু থুগাইহুনা মাংহনখিবনি ।। অসেংবা অহু থিবা কংদনবা পুয়াদি খোমগংহুনা মৈ থায়গা, মৈ থায়বা মতু দা কৌরককম থিবা য়ান-

নবা রেক ৭ কাণ্ডা গোত্র ৯ দা ওহোকপা হৌরক্লবদা হুংদা থাইনা য়ুংলগা ময়েক অসেংবত্থু চং চংতুনা থুগাইরোইদবগী মরম অমত্তা লৈতে ।। য়াম্না সাংগ্রবগু চেনবা যাররোইদবা থুদম অমত্তং লৌখৎপা য়াই ।। সনা কৈথেলদা থাইনটৈবেদগী সেংনা য়ুংজরকপা হুংবী মমল য়াম্ববু থোওইনা অতৈভদগী পৌরুগনা সাবগী মহৎতা হনুমানগী মুর্ত্তিমখা সাদোক্লবা সিন্দুনা মোংবহনবা উমংদা চিংসিন্দুনা থুগাইবা হোই ।। সনা কৈথেলগী ঈপা ঈপু হাক্তকী হুংবীবু হনুমানগী মুর্ত্তি সাদোক্লবা চিংসিনখিবা হুনিং অসিবু চৈথারোল কুম্বাবনা ময়েক সে না থাহুনা পিরম্বগী মতুংইন্না পামহৈবা নিংথৌগী হাক্তক খৃষ্টকী চহি ১৭২৯ খুবা এলিয়াকুন চহি য়োম্না ৩১২৬ চনবা ইঙা থাগী ১৬নি পানবা নোংমাইজিং হুনিং অসিদনি । (৫৯)

(৫৯) থৌজিক য়াম্না লাইনা খণ্ডবা ঙমলে ।। হৌজিক মচি মচি খরদা হুংদা ময়েক পাবা খোকপোই থোক্তবোই হক্তুনা খরা লৈরিবসি লোইনা পামহৈবা নিংথৌগী মতুংদা হকপা ঙাক্তা ওইকম থোকই । রাহৈ ওইনা চরাইলোংবা, থাকেমপা হাঙনা পল্লবনু হাম্না পাল্লস্বা অহু নৌনা হাপচিনবা ময়েক্না শেমদোকতুনা ময়েক সন্দোক্লবা ইথোক্ল বনক্ত ওইকম থোকই ।। নিত্রবদি কংলা উত্রা মাংদা অহুক রানা হোংনহুনা পুয়া ময়াম থোমগংলগা মৈ থাদোকম্মোই ।। পুয়া মৈ থাবগী রাথলনা হাম্না য়ুংলঙ্গা ময়েক য়াওবা হুংবুমু থুগাইরোইদবগী মরম কনানম্থু পিবা ঙমলোই ।। মরম অসিনা ময়েক পুথোক্লরকপদা কোহৌজম লাইরেম্বীগী হুং মচা অহুদা ইরিবা ময়েকী কোত্তো পুথোরকপা, কোহিমাগী অহকপা থোঙ্গুলগা কোম্লনা থারিবা বেঙলি ময়েকী সক্তঅসিং ময়াম্না লাম্না ভাগ্যচন্দ্রগী থোঙ্গুলনি লৌনম্নিবা অসিবু পুথোরক্লগা নত্রগা চৌরজিংকী হাক্তক্তা ( খৃঃ ১৮১২ এ, দি, গী)

---

(৫৯) চৈথারোল কুম্বাবা লাঃ ৭৭ ।।

চৎনরম্বা দেবনাগরি লিপিমক্তা অতৈ অমত্তা য়াম্দনা "শ্রী চৌরজিৎ সিংহ" হাঈনা থাবা সেল, গম্ভির সিংহ নিংথৌগী মতমদা চৎনরম্বা "শ্রী রাধা গোবিন্দ" হায়না বেঙ্গলি লিপি মথন্তনা হক্তুনা থারম্বা সেল (৬০) অসিগুম্বা অসিনা ময়েক চৎননবা লেপ্পদা খুরৌ করিনম্তা চেনহনফম থোক্কে, কংলৈ ইয়েক লেপ্পগা থোক্তইনা লাংলৌ তৌদুনা চেমদোরম্বা পরিংগা করিমত্তা মকী থাংনকম থোক্কে। অসেম্ববু সোগৎসি হায়রগনা নৌনা অমুক কংলৈ ইয়েক চৎনহনবগী মথৌ তাদে। থোক্তইনা প্রয়া ঈম থাদোক, থিবগী মতুংদবু কনানা করি তৌদুনা অমুক হাম্নগী মমল থাংলবা কালোনসিংহবু পুথৎতুনা কম্নবা হোৎনবা য়াওগ্রবগে? কনাম্ন য়াওথিত্রবদি হৌজিক নৌনা ময়েক চৎনহনবা তারবদি মথোং মরী সেংদোক মনথোকতুনা চৎনহনবা হায়বসি মসানা তাঙ্গরবা রাকমনি। মাংদুনা লৈরবা ফিভম অসিদা অমুম পেন্নসি হায়রগদি ময়েক অমুক চৎনরুবগী কাম্নবা লৈতে, অসেম্বা ময়েকপি কংলৈপাক্কী লোলমু ইবা ঙমলোই', অরুম অয়াং ইবা য়ারোই লোলগী ইকাই খুম্নবমু কনবা ওইথোক্কে, অমুম অমুম মাংখ্রগদবনি ॥ (৬১)

মবৈথংদদি মহাভারতকী য়ারী মতেক, রামায়নদগী য়ারী মতেক মতেক অমুম্না লৌথোকতুনা লাইরিক ইবা হৌগৎখি ॥ খুদম ওইনা "লাংগোই সগোল থাবা" হায়বা মতেক অমা ইরমলিবসি আর্জুননা মুপী হাক্তকী চৈরাক ফংদুনা উমং য়ামং কোইয়কপদা চিত্রাংগদা লৌদুনা মচা বভ্রুবাহন পোকলম্বা লৈবাক অদুদা মজ্ঞী সগোল থারকতুনা মপা মচা লান থেংনবগী মতাং অদুনি

---

(৬০) চন্দ্রাব্দ ১০৪৩ দা চৎনরম্বা তুথেক নাইবা সেল ময়েক্তা য়েংথিবু ॥

(৬১) কংলৈ ঈয়েক : A TThes on Meetei Eeyek কৌবা লাইরিক্তা য়েংবিবু।

অমুক য়াম্না শেমলমলবা অসিনঙ্কদা দাঃ গ্রিয়রসন্না মাগী লেংগুয়েস্তিক সরভে ওফ ইন্দিয়াদা মতমচুগী মীওই অমখক্না মপুক সেংদবা য়াখলগা লোইননা পিসিনখিবা বেঙ্গলি ময়েক্কা বর্গ চপ মান্নবা, পাবগী খোন্থোকসু চপ মান্নবা, ময়েক খয়া অমসু চপ মান্নবা হাপচিন্দুনা পিখিবা ময়েক ৩৫ সংস্কৃতকী য়াহৈ চংলবা অক্তিগা থানা ময়েক ৩৬ অহুনা ইবা পুয়াদি অমত্তা লৈতে হায়বা য়াই। পুয়া অয়াবা ময়েক ১৬ তগীনা ময়েক ২২।২৩ কাওবতনা ইবা ওাক্কনি। ময়েক কনা সেমহুনসু ময়েক ৩৫ ৩৬ পুদি লোইনমক সিজিন্নকম অমত্তা পিরমদে। ময়েক ৩৬গী ময়েকসিং লোইনমক মথো ভাই হায়বা ভসেংনা সেমলমল্বা লাইরিক কাওবনা উৎপা ওইখোকত্রি।

৩৫গী খুৎপা অসি ভাগ্যচন্দ্রগী হাক্তক্তা লংথাবাললোন ইবা মতমদা বেঙ্গলিগী মত্তৌ তমল।। সেমলম্বা ময়েকনি। দাঃ গ্রিয়রসন মসামক্কসু বেঙ্গললোমদগী ( দেবনাগরিগা মরি লৈননা) থোরকপনি হায়রে। (৬২) আর, ব্রাউন্দগী ষ্টেতিসতিকেল একাউন্ট ওফ মনিপুয়দসু সেমজিন্নবা ময়েক ৩৫ অসিদি দেবনাগরিদগী পুবা ওইনা উই হায়রম্মী। (৬৩) পাবগী খুৎপাসু বেঙ্গলিদা বেঙ্গলি নস্রগা মাগা মান্নবা দেবনাগরিনককুম্না ক, খ, গ, ঘ, ঙ। চ, ছ, জ, ঝ, ঞ। ট, ঠ, ড, ঢ, ণ। ত, থ, দ, ধ, ন। প, ফ, ব, ভ, ম। অ, য়, র, ল, ব। শ, স, য, হ, ক্ষ। বেঙ্গলিগা চপ মান্নবা খোন্থোক্কী ময়েক ৩৫ নি। অমুম্না পামহৈবা হাক্তক্তা পুয়া মৈ থাবদগী চুরাচান্দ মহারাজ হাক্তক কাওবা (খৃঃ ১৭০৯—১৯৪১ ) অসিদা ময়েকা লোইনবা পুয়া কয়া সেমদোকখি।

---

(৬২) Linguistic Servey of India : Vol. 3. Dr. Grirson.

(৬৩) Statistical Account of Manipur : R. Brown.

অমুম্না স্বর ম-য়ক্তুম্ মমৈ থংদা বেঙ্গলি ময়েককি মওং লৌহুনা অ, আ, ই, ঈ। উ, ঊ, ঋ, ৯। এ, ঐ, ও ঔ। অং অঃ। অমুম্না কংলৈপাকী ঈয়েকপু অসেংবা মসক উহনখিদে। (৬৪)

চৈসিং ঈয়েক অঙ্ক (নিউমরেল) মসিং অসিন্না হান্নগী ঈয়েক ১৮গী চৈসিং অঙ্ক চংনবা লেপখিহুনা বেঙ্গলি লিপিগী অঙ্ক ময়েক লৌহনা অমত্তা বাংতনা পুন্নাইবদা সিজিন্নখ্রে। মমৈথংদদি থংজদবা কংলৈচা কয়ানা ময়াম অসি মহাক মসাগী মপানাং মপুনাংনা য়েলহৌগৈদগী থম্বীরক্লবা ওইনা উমম্ম য়াওরমলগনি।

# নাওরিয়া ময়েক থোরকপা

## [ কোন্নুং ময়েকপু সিংনরকপা ]

## খ্বঃ ১৯৩০—১৯৫০

মমাংদা নৈনখ্রে, খৃস্তগী চহি ১৭০৯ দগী ১৯৪১ ফাওবা অসি ঈয়েক ১৮গী লাথুল মুথংলগা আসামদা চংনরিবা বেঙ্গলি লিপি, দেবনাগরি লিপি অমদি মরি লৈনবা গুরুমুখি লিপিশুম্বদগী ময়েক লোসিনহুনা কাং-খোং চাইথাইরকই। পুয়া পুম্নমক পুয়া ওইবা য়াদনবা তসেং তসেংবা বেঙ্গলি লিপি সিজিন্নহুনা বেঙ্গলি লিপিবুম্ন লমদমসিগী ঈয়েক ওইনা উহল্লি।

মসানা তাক্তবনি, পুয়া খোমগংহুনা মৈ থাদোক্লবা হোংনখ্রবদা মতুং তারকপা লাইয়িক্লা অসেংবা মৈনা চাকখ্রিবা পুয়াসিংহুমক

(৬৪) ময়েক লুপতিনগী রায়েপ : ১৯৬২ অসিদা য়াওরিবা ময়েকশিং য়েংবিয়ু।

লৌখংতুনা অমুক খনমগনি হায়বদি ওইখোক্কে। পুরাদি মৈ থারগা পামহৈবা ঈনিংখৌগী মমাংদা হককুনা য়ুলক্কা নুংসিং অহৃদি করিমত্তা সোক্লমলোই হায়বসিমু খল্লুবা য়াক্রবা য়াকম্নি।

অমুক নাথৈ সে'না মীহৌঃরালগী তাংকক কয়া হাপ্তুনা লৈরবা অসিদা মরক্তা কনাবত্তনমু মাংহনখিবত্ কয়নব. অমুক চুমখোকখিবগী রারী অমত্তমু লৈত্তনা কোমুংদা সেমজিন্নখা মরেকতুব্ হেক্তা লৌখংপা হারর্বসিদি তসেংনা কংলৈপাক অসিগী মীহৌলোন (ইতিহাস) খঙং মী অমত্তা লৈত্রে হায়বনি। ঈরেক লোলগী দমক নৈনরিবা পুম্নাক কোক হোরংল হায়ন খঙলোই-দবগী মরম করি লৈ। মীগী পোং রেংল রে লগা কংলরোন অমুম অমুম সেমজিনগদবনি হায়বা খন্মাই অসি লৈপাকী থাক্তা খন্নবা য়াবা রা নত্তে. নঃারোলসিংগী লাইপক ময়াইদা নেং নেংতুনা চংলগা মীতোন্দা নপলুবগী ওইজ ওইথক মচুম খরা লেকহৌবা য়াননবা তসেংনা হেনজিনমম্না লন্নাই মিংয়োং অথুবদা চংক্কে হায়না চংলবা নত্তবরা?

পুম্নমকসি নাওরিয়া ফুলো হায়না খঙনবা কংলৈ লীচংকী লম্মজিং পিরম্বা অমুক হেন্না নুংসিনা খঙনবনা লাইনিং অহন নাওরিয়া ফুলো (নাওবেম ফুনচ্রে) হায়না মীয়াম্না তত্তনা হায়নরিবা অহন ইংখোৌ অসিনা কুপ্না রেংখি॥ অয়াংবা লাংলোইক্তুনা কুপশিন্নুনা লৈরে খঙলকপদগী লাইনিংহন অসিন ইহাল হান্না নৌনা ঈপা ঈপু পোকপা অপোকপী লাইনিং নৌনা সন্দে রকখি, সনামহি লাইনিংগী পাউজেল মাইকৈ থুংনা পিবা হৌরকখি॥ অমুম অরানবা চুমখোকপগী খোংথাং অহারম্বা অসি খুন্তগী চহিরোন ১৯৩০ মুবদা কাছাড় দা লৈবা জারিবোনগী লাইশ্রমখুলদা "অপোকপা ফুরুপ" লিংখৎতুনা মীয়ামদা উহনবা হৌই॥ অনিম্নবা খাংথাংদা কোমুংদা লৈরিবা ময়েক ৬০ গী মথক্তা তোংসিন্নহনা

লৈয়রবা ভসেংনা চৎনবদা মাংজবা নত্তনা হৌরক্কম তাকপা অমগী মতিক লৈত্রবা কোক্নুং ময়েক হায়না খঙনরিবা অসিবু সিংনবা (চেলেক) হৌই ॥ অন্নমা খুত্তগী চহি ১৯৩০ দগীদি অহাম্বা খোম্লাও ওইনা লাইনিংহন নাওরিয়ানা "কোক্নুং ময়েক থাজদে, সেমজিন্নে খঙলবা ময়েকপু লৈবাককী নহারোলসিংগী তুংগী লখী য়েংহুমা লৌকম থোক্কে, চৎনকমগু থোক্কে ॥" হায়বা য়াখললোন লাউথোক্কই ॥

ভোঙানবা ময়েক অমা পুথোক্লুনা কোক্নুং ময়েকপু সিংনবা হৌরকই ॥ লাইনিংহন্না পুথোকপিরম্বা ময়েক অসি হৌজিক "নাওরিয়া ময়েক" হায়না খঙনরিবা অসিনি। কোক্নুং ময়েককী মায়োক্তা পুথোক্লম্বা ময়েক অসিদা "থিংদবা ময়েক—স্বর ময়েক" থাদনা ময়েক ২৪ (কূনমরি) লৈ ॥ চৈত্তপ ১০ য়াওই ॥

নাওরিয়া ময়েককী কোংদবা ময়েক (কনসোনেন্ত) অমসুং চৈত্তপসিং :—

CHEITAPS :—

কনসোনেন্ত ২৪ গা লোইননা "থিংদবা ময়েক" ১১ অমগা সিজিন্নরম্মী ॥ থিংদবা ময়েক ১১ অদুগী থোহোক্ল। ওম, অরা, ইর. ঋক উন, ঔম, আং, ঈং, য়েম, ঐং, অম হায়না পাই ॥

মথক্তা পিক্রিবা ময়েক ২৪ অসিনা "লাই, কক, থন, নোং, য়ং ॥ ভন, পন, চম, হম, সন ॥ জম, দম, মী, ফন, খন ॥ ভম, জম, ঙং ওম, বম ॥ থক, ঋম, ঘম, ৱোং ॥ অম্সুন্না পাই ॥ (৬১) ময়েক অসি কাছাড়দা লাইনিং হন্না পুথোকপা হৌবদগী কোন্নুং ময়েক লাম্লে হায়ত্থুনা মী কয়া অমা চোংথোকখি ॥

খুন্তগী চহিয়োন ১৯৪৭ সুবদদি নাওরিয়াগী খোজেল্ অসি কংলৈপাক অসিদা কাওরকত্তুনা থম্লাদখোংদা ইহান হান্না মীভিন পাংথোক্তুনা "মীতৈ মরূপ" লিংখৎখি ॥ সুরচান্দ, ইবোমচা, ভথেম্ময়ম বোকুল নচিংবা অহল ইবুংঙোসিংনা নাওরিয়াগী বাথুল পোম্নিৎপু কংলৈপাক্তা সন্দোক্তুনা কোন্নুং ময়েক হায়না খঙনম্লিবা ময়েক ৬০ মুক্না ভোংসিন্দুনা অককুবা ময়েকী মসিংনু খঙবা য়ানা লৈরম্বা অহুবু মীওোন্দগী লৌয়গা হাপচিল্লবনি হায়না খুদম পিত্থুনা ককপা হৌখি। অম্সুন্না লৈরম্বা ময়েক অমা হেক্তা চৎসিনবদি য়ায়রোই অচুম্বা অমা থিগৎতুনা তুং ফাওবগী য়েংত্থুনা পুথোক-হৌগদবনি হায়বসি কংলৈপাকী থুনাইসিদা খঙহনবা হৌখি ॥

(৬১) ময়েক লুপতিন ৱারেপ : লা: ৩১

# ঈয়েক ১৮ অমুক থোরকপা

## ( থৌকাচানবনা কাংথোরকপা, খৃঃ ১৯৫০—১৯৭৮ )

বেঙ্গলি লিপি, দেবনাগরিলিপি অমদি গুরুমুখি লিপিদগী ময়েক য়ালসিন্দুনা থাইনগী লোইনর্নসিলোন ( সাহিত্য ) অহুবু মসক পুম্নাং মাংথিনবা থারকপা চৈকু অহু নাওরিয়াগী মতমদা থিংনবা হোৎ-নরকপদগী লৈপাক অসিদা অসেংবা ঈয়েক অমা থিগৎনবা হৌরকখি ॥

ওসি ক্ষাওবদা কংলিবা অসেংবা, খর খরতমক সেংবা, সেংজবা, সাজিন সেমজিল্লবা—অমুম্না লৈরিবা পুয়া লাইরিক কয়া নৈনহুনা ফাক্কৎহুনা ফুম নোমহুনা কংলৈচা কগানা থা-থাং, নোংচুপ-নোংপোক থাক্কনা হোৎনরকখি ॥ মরু ওইনা খৃঃ ১৯৫০ অসিদাই-দগীদি পুয়া নৈনহুনা মীতিল কয়া কমহুনা ময়েকী মরমদা অচুম্বা অমা পুথোক্লবা কয়া হোৎনবা হৌরকই ॥

### (ক) লৈপাক্কী থাক্তা ময়েক লুপতিন কৌবা :—

অমুম্না থিনরকপগী মহৈ ওইনা ইহান হানবা ওইনা লৈবাক্কী থাক্তা কংলৈ-ঈয়েক অচুম্বা অমা পুথোক্লনবা তাং ১৩। ৩। ১৯৫৮টাং গী সগোলসেন হুমিংকী হুংথিল পুং ৪ তাবা মতমদা মণিপুর থোং তোর এসোসিয়েসনগী সংলেন্দা মাইচৌসিং, অথং অহৈসিং কয়া তিন্নহুনা "ময়েক লুপতিন কমিতি" অমা সেমখি ॥ কংলৈপাক পুম্নমক্কী অথং অহৈসিং খোমজিন্দুনা তৌখিবা মীতিন অসিদা লাইরেনময়ুম ইবুঙোহল, এক্স দিসত্রিক এন্দ সেসন্স জর্জনা মাই-তোংবগী তাংবন লৌখি ॥

অসুম্না সেমখিবা "ময়েক লুপন্তিন কমিতি" অসিগী থৌপুবা কাংলুপকী ( এগ্ৰিক্যাল্‌চিত কমিতিগী ) থৌপুনবা মথাগী মীহুৎ ময়াম অসি খনখি :—

(১) লাইরেনময়ুম ইবুংঙোহল, এক্স সেসন জজ—লুচিংবা
(২) থোকচোম থৌবাচানবা — থৌপুরেন
(৩) যুমনাম বুধিচন্দ্র — ওমথং থৌপুরেন
(৪) অঙোম ইবোমা } পোয়ৈ মীতৈ মরুপ ॥
(৫) ময়েংবম সমজাই
(৬) ওক্রম নিতাই, মীতৈ পন্দিত সভা ॥
(৭) য়াংখৈময়ুম গুলাপমচা, মীতৈ লাইনিং মরুপ ॥
(৮) নিংথেমচা তোমালসন, মীতৈ ময়েক থৌগল মরুপ ॥
(৯) অঙোম মুংশিরৈ, মীতৈ ময়েক পুখংলকপা মরুপ ॥
(১০) তখেলময়ুম বকুল, মীতৈ মরুপ ॥
(১১) মোইরেংজম মুনান, মীতৈ মরুপ ॥
(১২) লাংগোনজম অমু, ,, ,,
(১৩) নোংথোমবম নয়ান, ,, ,,
(১৪) সেয়াম বাচা ,, ,,
(১৫) ঙাসেপম মনিকচান্দ, ,, ,,
(১৬) সোইবম য়ামসিং ,, ,,
(১৭) য়েংখোম ভাগ্য (চিয়ারমেন; চৎনপথাপ ড্রাফ কমিতি) ॥

মথককী মীওই ১৭ অসিনা থৌপু কাংলুপ সাম্নুনা অপুবা মীতিয়া লেপখিবা য়ারেপকী মতুং ইন্না থৃন্তগী চহিয়োন ১৯৫৮ মার্চকী তাং ১৩ দগী তাং ১৫ । ২ । ৫৯ ইং কাওবা কংলৈ ঈয়েককী হৌরককম, মাংখিবগী য়ায়ী, অমুক অচুব পুখোক্লবা হোংনবা হায়রিবা থৌরমসিং পাংথোকখি । চাহ অমা চংনা ওথং অহৈ

মৱাম নৈনৱকপা অতুগী মহৈ ওইনা ময়েককী সব কমিতিনা অনমা অয়েপ্পা ৱারোল পিখৎলকখি :—

"মীতৈ ময়েক্কী মরমদা কমিতি অসিনা কুপ্না নৈনৱবা মতুংদা মীতৈ ময়েকক' হৌরককম ময়েক্কী মওং, ময়েক থোকলকপা, ময়েকসিং ওইরকপগী মতম, অমসুং ৱারী ৱাখোং মখাগী অসুম্না কংলে। মীতৈ ঈপা ঈপুনা লাই হাকতক্কা মচিনথৌদা সিঁজন্নরম্বা লাইরিক ময়েক্তি তরানিপালতনি। (১) ৱাংখৈরাকপম কনহাই, (২) অথোম ইবোবী, (৩) থোকচোম থৌকাচানবদা হায়রিবা মী অহুম অসিনা মসা মসাগী নৈজবা লাইরিক কয়ামরুমগা লোইননা খুদম চংদম পিদুনা মীতৈগী ময়েকসিং অসিগী মনুংদা তরানিপালতনা খৱাইদগী ইহান হান্না থোক্লকপনি হায়না কৱিটিদা পুথোকখি হায়রিবা ময়েক ১৮ গী মরমদা "কমিতিনা কুপ্না নৈনর। অরিবা লোল কয়ামরুম য়েংলুরগা অমসুং অরিবা লাইরিকসিংদা ইরমলিবা লোল অমসুং ময়েকসিংবু য়েংলুরগা মীতৈ ময়েক্তি অহানবদা ১৮ তা লৈরমই হায়বসি অচুম্বা ওইবা যাই হায়না লৌই।" (৭০)

"মীতৈ লৈপাককী অখং অহৈ মাইচৌ (পন্ডিত) সিংনা পিখৎপিরকপা অমসুং কমিতি অসিগী মনুংদগী পুথোকপিরকপা থোকচোম থৌকাচানবগী পুয়া খুনুংলোন সাকোক থিলেল, ৱাকোকলোন থিলেল সলাই অমাইলোন, ৱাচেৎলোন পথুপ, চকপলোলকী মঙাংইকী ৱাকোকলোন ঙাসাপকী সিংকক কোবা পুয়াসিংদা ময়েক ১৮গী খোম্থেক ইৱাই ঈনিন ময়েককী হৌরককমগী মরমদা সুগাইনা ময়েক্কী মসিং শীবগা লোইননা ইরমই।"(৭১)

---

(৭০) ময়েক লুপতিনগী ৱারেপ : লা : ১৪ ॥

(৭১) ময়েক লুপতিন ৱারেপ : লা : ১৫-১৬ ॥

অন্নুমা সব কমিতিনা বায়োল পিরচনা অচুবা য়েলহৌ ময়েক্কি হায়চুনা পিখৎলকপা কংলৈ ঈয়েক ১৮ অচু মথাগী অন্নুমা "রাকোকলোন খিলে। সলাই অমাইলোন পুকোন্দ" কৌবা পুয়াগী মতুং ইন্না "কোক, সম, লাই। মিৎ, পা, না। চীল, তীল, খৌ। ঙৌ, থৌ, মাই। য়াং, হুক, উন। ঈ, কম, অতিয়া।" অন্নুমা পাই। ময়েকসিং অসিনা মীগী হকসাং কয়াংলোন য়েংচুনা য়েকখোয়কপা ঙাক্তনি। চৈতপ অমম্নুং লোমন্নম ঈয়েক পুন্নমকনু কংলৈলোন অসিঙাক্তনা সিজিন্নরম্মী।

ইসাগী হোদোক্না ঈয়েক পুন্নমক পাক্তরম্বা, অমদি সকতম পুন্নমক হকসাং কয়াংলোন (ফিজিওলোজি) দগী লৌদুনা সেম্লবা অসিদা পুন্নসিংগী মাইচৌসিংগী বাংলবা থাকপু ইকাই খুম্নবচুনা অমত্তা ওইনা "ময়েক লুপতিন কাংলুপ সব কমিতীনা" তাং ৪। ৯। ১৯৫৮ ইংগী নীতিদা অন্নুমনা য়ায়েপ লৌখ্রে :—

"মীতৈ ময়েক অসি মহানবা মচিন চৈদা ময়েক তন্না-নি পালত্তনা (১৮ তনা) শিজিন্নরমই হাঙবসি য়ানরে।" (৭২)

অন্নুমা অচুবা ঈয়েক ১৮বু যানগ্রবা নতুংদা মতং দুগী চেংদ ইবা মারবা ঈয়েক ১৮গী কাংলোনদু "ইদিতোরিয়েল বোর্দনা থাংজংচবা য়ায়োল" গী মথাদা পিরকপা রিপোর্ত অচুনা মরিক চুমা থাংগৎলকখি। ঈয়েক ১৮ অসিদা লুম ঈয়েক (বিন্দু মানবা ঈয়েক) অসি মথাথংবা মাকদা তপলগা খোঙোক অরাম্বা থওহল্লি অচুগা মত্তাইদুগী মপাদা য়মাইদা তপলগা অয়োম্বা খোঙোক থওহল্লি। খুদম ওইনা - 'প' দা তপলগা 'ব', 'ক' দা তপলগা 'ভ', 'ল' দা তপলগা 'হ', 'ক' দা তপলগা 'গ', 'খ' দা তপলগা 'ঘ', 'চ' দা তপলগা 'জ', 'স' দা তপলগা 'ঝ', 'ত' দা তপলগা 'দ', 'থ' দা তপলগা 'ধ'— অসি থওহল্লি। অন্নুমা ইদিতোরিয়েল

(৭২) ময়েক লুপতিন য়ায়েপঃ লাঃ ১১।

যোৎ'কী য়ায়োল থাজৎলকপা মতাংদা পুন্নকপদা মালেমসিদা লৈরিবা লোল অয়াম্বা কংলৈ ঈয়েক ১৮ না ইবা য়ারে হায়রমি কোংদোকখি। (৭৩)

অস্নুয়া ময়েক মুপতিমগী লৈপাক্কী থাক্তা পাংথোকখিবা চহি অমা চংনা নৈনখিবা ময়াম অসিনা থুন্নাইদনা চুম্বা মহৌসা লৈজ-য়ম্বা ঈয়েকতি কংলৈ ঈয়েক ১৮ অসিনি হায়রবসিদি তশেংনা খঙবা ঙমখি। অদুবু শাইবক থিবদি মতমদুগী সরকারনা কংলৈ ঈয়েক চংনহন্নবগী থৌয়ম অমত্তা লৌথংপিখিবা লৈতবদগী ঈয়েক ১৮ তা নত্তুনা তাখিগা য়ায়োল পুন্নমক চংনকনখিদে। মতুগী য়াকা উবদগী লেপনখিবা য়ারেপ অমত্তা জেনেরেল বোদি মীতিন কৌদুনা লৌথংপা ঙমখিদে।

## [খ] ময়েক্কী কনফরেন্স, ১৯৬৯ ইংগী য়ারেপ

মথংদা ময়েক মুপতিনগী মতুং চহি ১০ লৈরগা তাং ১২। ২ ১৯৬৯ ইংদগী তাং ৯। ১১। ১৯৬৯ ইং কাওবা কমথৌ ৬৪ ( জর্জ ৬৪ ) হাপতুনা লোল অমসুং ময়েক নৈনবা অপুনবা মরুপনা সিন্দুনা লৈপাক্কী থাক্তা কংলৈ ঈয়েক লেপ্পগী কনফরেন্স পাং-থোকখি। মথংসিংনা ময়েক্কী কনফরেন্সতুদা চিফ গেস্ত ওইবি-খিবসিং— ১। এম, কোইরেং, চিফ মিনিস্তর ২। এম, মেঘচন্দ্র এম, পি, ৩। এস, তোম্বী এম, এল, এ, ৪। রাঃ কুঃ বীরচন্দ্রসনা, কংগ্রেস প্রসিদেন্ত ৫। এন,তোম্বী ইদুকেসন মিনিষ্টর ৬। গোখেনপাও, মেদিকেল মিনিস্তর, ৭। এল গোপাল ৮। কে, অইচ ইবোতোম্বী, এস্প স্পিকর, মনিপুর লেজিসলেতিভ এসেমবলি ৯। কে, চমুবী ১০। এন থাদিল ১১। বিজমনি শর্মা, এস্প চিথারমেন মনিপুর

(৭৩ ময়েক মুপতিন য়ারেপ: লাঃ ৮২—৮৮।

তেরিতোরিয়েল কাউন্সিল (১২) এস, ইবোমচা মীতৈ (সরাং পন্দিতকী মস্থুনুপা) অসিনচিংবনি ।

কনফরেন্স অসিগী জজ্জ ৬৪গী মথক্তা পুয়া খণ্ডবা মাইচৌ (পন্দিত) ২০ হাপখি ।। ময়েক পুখোক্তুনা নৈনবা দিলিগেং ১৮ য়াওখি ।।

কনফরেন্স অসিগী ময়াই চনসিল্লকপদা ময়েক ৩৫ অদুগা থারগা ৩৬ ( ময়াম্না দাঃ গ্রিয়রসনগী অসেম্বা ময়েক, বেঙ্গলদগী খৃঃ ১৭০০কী মতুংদা পুরকই হাঙনা খণ্ডনবা মীরৈবাক্কী লাইরিক ইবসিংনা তোঙনা তোইনা বেঙ্গলদগী লৌবনি হাঙরিবা ময়েক ৩৫ ) অসি য়ুমফম নৈতে, মীতৈলোলদা পানবা খোঙ্হোক লৈজদে, বেঙ্গালি লিপি দেবনাগরি লিপিদগী ময়েক য়াওসিন্নে হায়ত্থনা চার্জ তৌরকখিবসিংদা ময়েকসিবু সোগৎলিবা মরুওইনা নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র মসামক্না মরম চানা য়ুমফম পিত্থনা ওাকখোকচবা ওমদবদগী মাইথোক্কিতি তাত্থনা কনফরেন্সগী জর্জ্জ অয়াম্বনা (মেজোরিতিনা) লৌখৎখ্রে ।।

নাওরিয়া ময়েকপুনা মরুওইনা অহন ঈবুংঙো তি; বকুল, প্রেসিদেন্ত, মীতৈ মরুপা পুখংলি ॥ অদুবু ময়েক অসিনা ইবা পুয়া অমত্তা পুখোকপা ওমদবা; ময়েককী সংখ্যম কয়া বেঙ্গলি, দেবাগরি লিপিগা চপ মান্নবা য়াম্না য়াওবা অসিনচিংবা মরম ময়াম অসিদগী জর্জ্জ অমত্তনা অয়াবা পিবা নৈখিদে ।। য়াম্না ওমা তুখি ।।

থবা হেন্না জর্জ্জসিংনা নৈনখিবসি কংলৈ ঈয়েক ১৮ অসিনি ।। ঈয়েক অসিবু পুয়াগী য়ুমফম পুখোক্তুনা থাঙৎপনা খোকচোম থৌক্কাচানবা মীতৈনা ওইখি ।। "য়াকোকলোন খিলেন সনাই অমাইলোন পুকোক" কৌবা ঈয়েক ১৮গী পুয়াবু মরু ওইনা নৈমত্থনা জর্জ্জসিংনা রিকোমেন্দ তৌখি । পুয়াসি নত্তনা কংলৈ

ঈয়েককী মরমদা মশিকচুম্বা ইবা অতৈ পুম্না অমত্তা ময়েক পুথোক্লিবা মীওই অমত্তনা পুথোকপা ঙমখিদে ।

মথংদা থম্লবদা য়াওখিমা মনাওবী ময়েক হায়দা খঙনবা দি মণিপুরী কলচরেল রিসার্চ এসোসিয়েসননা পুথোকপা ঈয়েক ১৮ দা লোন-লুম ঙম্লবা থোকচবা ময়েক্কি হায়ছনা তোঙানবা ময়েক ৯ অমা হাপচিন্নগা সেমদোকপা ময়েক ২৭ নি ।। অমনা ময়েক ১৭ ওসী ঈ, উন ময়েক ২ লোৎথোক্লি ।। শেষ্বা অশেষ্বা ময়েক ২৫ নি ।।

ইরোই লোইরকপা কমথোশিংগী জর্জাসংগী মীকাপদি (কাইনেলসেসন ওফ দি জর্জ্জস, তাং ৯ । ১ । ১৯ ইংদদি) অয়াওবা জর্জ ৪১ গী মেজোরিতিনা "রাকোকলোন থিলেল সলাই অমাই-লোন পুকোক" পুয়াগী ঈয়েক ১৮ বু অচুম্বা ময়েক্কি হায়চনা মীতৈ পুয়দকী ময়েক হায়না মমিং "মীতৈ নেসনেল আল-ফাবেৎ" থোম্নুনা রিকোমেন্দ তৌখি ।। জর্জসি গী অরোইবা সেসন্দা লেপপ্রবা ঈয়েক ১৮ লৌশিনখিবগী রিকোমেন্দেসন অম চপ চানা মথাদা পিরি :—

Recommendation For :
Meetei ( Manipuri ) Script ( Alphabet )

## RECOMMENDATION
## FOR

# Meetei (Manipuri) Script (Alphabet)

All Manipur Meetei Mayek Conference held in Manipur Pologround from 12-2 69 to 23-2 69 under the auspices of LOL AMASUNG MAYEK NEI-NABA APUN MARUP recommends in its last session held on 9-11-69 the eighteen letter alphabet of the puya "WAKOKLON THILEN SALAI AMAILON PUKOK" as original, genuine, and true Meetei alphabet, having original description.

Since we (Meetei) do not forget that we had our own, ancient alphabet, we, the Meeteis, are proud of being a nation in this world. It is unfortunate the think that about 260/300 years ago, during the reign of King Pamheiba, the Meeteis had to profess Ramandi, a new religion propagated by Santidas Goshai who heiled from Sylhet. Consequent on this occassion, all the ancient puyas (books) had been set on fire. But on realising that even though the books were destroyed, the scholars could not be destroyed, the original of the Meetei alphabet were tactfully changed.

Tracing of the original Meetei alphabet was started during the reign of Sir Churachand Singh, K.C S.I.C.B.E., by one organisation, "BEEBODH

J A N A N I S A B H A'". The said organisation published about 35 years ago one book under the caption of 'MEETEI YELHOU LAIRIK' (Meetei ancient book) and tried to introduce it with the help of Manipur Royal Darbar, but in vain.

Secondly, "Meetei Mayek Thougal Marup" published about 23 years ago under the caption of "MEETEI MAYEK AHANBA" (Manipuri Primer) and moved the then Government of Manipur to propagate it. But the effort was not successful.

Thirdly, abont 1968 A.D. one organisation namely "MAYEK LUPTIN" tried to introduce Meetei alphnbet for 4/5 years, Being unsuccessful in its effort it resolved that the true Meetei alphabet shauld be determined by an open conference held on the all Manipur basis.

During this time' one organisation of the name "MEETEI MARUP" under the leadership of Naoria—Phullo moved the India and the Manipur Government to introdnce the Meetei alphabet. But that was also in vain.

Brushing aside, the recommendation of the Meetei alphabet should be done by an all-Manipur organisation, "MEETFI MAYEK ORGAMISING COMMITTEE", "MANIPURI SAHITIA PARISHAD" and latter on "KAIBIRON EEYEK" organised a fair of Manipuri alphabet to uplift the said alphabet. But that was also not succesful.

The said 'KAIBIROL EEYEK' held one seminar on Meetei alphabet with the then Chief Minister and Education Minister as Chief guests, from 31-10-61 to 1-11-68. But it could not help much.

It is not to be forgotten that the deter. mination of the Meetei alphabet is an all-Ma• nipur affair. Finally "LOL AMASUNG MAYEK NEINABA APUN MARUP' composes of 28 Meetei Alphabet research organisations held on open public conference from 12-2-69 to 28-2-69 with 64 judges, 20 delegates in the Imphal Pologround. In this twelve day conference' (1) Shri M. Koireng Sing, Chief Minister, (2) Shri E. Meghachandra, M.P: 3) Shri S. Tombi Singh, M.L.A. (4) Shri R.K. Birachandra Sing Gongress President (5) Shri N. Tombi Singh' Education Minister (6) Mr Gokhenpao, Medical & Health Minister (7) Shri N. Gopal Singh, (8) Shri Kh. Ibetombi Sing, Ex-Speaker (9) Shri K. Amubi Singh (10) Shri N. Thanin Singh, (11) Shri H Dwijamani Deva Sharma (12) S. Ibomcha (grandson of Sarang Pandit) were the chief guests.

Later on, 28 sessions of the judges, delegates and pundits were held to study in details what had been put forward by the different delegates and pandits in the open confererence A "DRAFT MAKING BODY" consisting of 6 (six) judges, after its 20th session submitted a draft report and it was passed on 27.7-69 in

a session of the judges. The body submitted the alphabets under three categories, vis (1) 18-letter alphabet, (2) 25 letter alphabet & (3) 27-letter alphabet.

In order to find out the correct cotegory of alphabet, written opinion of the Judges were collected. Final session of the judges were held on 8-11-69 in the Aryan Theatre Hall with Shri Meghachandra, M.P. as chief guest and Shri M. Radhamohon Singh as chairman and the written opinions were discussed and sorted out. Finally the 18-letter alphabet as found in the puya "WAKOKLON THILEL SALAI AMAILON PUKOK' is supported by the majority of the judges ( i.e. 17-Judges ). Four judges are in favour of 25 letter alphabet, two Judges in favour of 27-letter alphabet, five Judges are in favour of different categories from those three cited above ( viz. alphabet of 35, 26 & 46 letters) Twelve Judges did not give their opinion. Out of 41 judges, one was no more. The majority of judges had accepted on Sunday the 9th Nov. 1969 ( MERA THASU ) at 10 A.M. the 18-letter alphabet as is found in the puya, WAKOKLON THILEL SALAI AMAILON PUKOK' as the original, true, and genuine Meetei alphabet and had agreed to recommend it as MEETEI NATIONAL ALPHABET.

Sd/- (M. Meghachandra)
M. P.
Chief Guest
9-11-69.

Sd|- ( Shri M. Radhamohon Singh )
Judges' President
9-11-69.

| | | |
|---|---|---|
| Sd/- 1. | Ksh. Gokulchand Singh, | Judge |
| 2. | N. Nabakishor Singh, | —do— |
| 3. | M. Radhamohon Singh, | —do— |
| 4. | T. Ibotombi Singh, | —do— |
| 5. | L. Ibotombi Singh, | —do— |
| 6. | A. Chandramani Singh' | —do— |
| 7. | S. Ibungohal Singh, | —do— |
| 8, | W. Tomchou Singh, | —do— |
| 9. | K. Netrajit Singh, | —do— |
| 10. | T. Manglem. | —do— |
| 11. | L. S. Kirti Singh Dr. | —do— |
| 12. | N. Parijat Singh. | —do— |
| 13. | Th. Ibungohal Singh. | —do— |
| 14. | Dr. Gulapchand Singh | —do— |
| 15. | N. Ibotombi Singh | —do— |
| 16. | Th. Tomba Singh | —do— |

Sd/. ( Shri M. Radhamohon Singh )
Judges President
9-11-69

(গ) খৃঃ ১৯৭২ গী সরকারনা সিনবা সেমিনার:—

এম, পি, পি, সরকার মতমদা অমুক মনিপুর সরকারগী থাক্ত কংলৈ ঈয়েক চৎনহন্নবা সেমিনার কৌখি। সেমিনার অহুদা মমাংগী ১৯৬৯ গী কনফরেন্সতা য়াখিত্রবা যুমফম য়াওদবা মখেক কাংলুপ ময়াম অমত্তুম সরকারনা মনিং তম্না থাগৎপা অহুম য়াহনখি

১৯৬৯ দা লেপ্লবা কংলৈ ঈয়েক ১৮ গী অনৌবা থিজিন খোমজিনবগী রিপোর্টকা লোইনন খুন্তনা পোক্রুক্লৈ চহি ১৪০০গী অঃ মমাংদগী কংলৈ ঈয়েক ১৮ লৈরক্লে হায়বা পুয়া রিফরেন্স বযা পিহুন কনফরন্স মখেক ১৮ বু প্রেফেসর কাংজৌয়া, খৌবুর রেল কংলৈগ ক খৌসিনকোম্না অচৌবা থেসিস অমগ', সিনোপসিস অমগ ইহুনা থাংগৎখি। থেসিস অহুদা কংলৈ ঈয়েক ১৮ অমসুং মাগী সাগোম্নবা লোম লুম ঈয়েক অসি নত্তনা অতৈ মখেক্কী কাংলুপ ৪৬, ৩৬, ৩৫, ২৭, ২৫ হায়হুনা লৈরিবসিনা মমদম অসিগী অরাম অয়াং ওৎকপা চৎনবা লোল ( falling and rising intonation of language) অসিবু ইবা য়াররোই হায়বাস উৎখি। মাইবক থিবদগী সরকার কায়বনা হানখি।

(ঘ) ১৯৭৬ কী রাইতরস কনফরেন্স.—

মতম খরা লৈরগা খুন্তগী চহিরোন ১৯৭৬ কী সেপ্তেম্বর তাং ১১ অমসুং ১২ দা গান্ধি মেমোরিয়েল হোলদা ফমখিবা রাইতরস কনফরেন্স অহুদা তৌখিবা মখেক্কী কনফরেন্স অহুনা লেপ্লবা মতুং ইন্না "অরিবা মখেক চৎনহন্নবা সংলুপ" হায়বা অমা সেমখি। কনফরেন্স অসিদা মখেক ৩৫ গী লোগৎপা ওইনা প্রোফেসর তোমচৌনা মরু ওইবা ওইনা পেপর পাখি॥ এন, খেলচন্দ্রদি পেপর পুথোকপদা য়াওরবম্ম পাথোকখিত্রে। রাংখৈগী কে,ঐচ, গোপালনম্ম মখেক ৩৫ গী মাইকৈদা পেপর পুথোকখি। মনিপুর

পন্দিত লোইসং অমমুং অতৈ মীওই থরম্থু ময়েক ৩৫ বু সোগৎখি। নাওরিয়া ময়েক্কী পেপরনা এন, মুহেননা পাখি।

ময়েক ২৭ কী মরুওইনা ইবোয়াইমানা চাংখি। কংলে ঈয়েক ১৮ গী পেপরন প্রোফেসর কাংজীয়ানা প্রিপিয়ার তৌছনা পাখোকখি। লৈপাক্কী থাক্তা সেমখিবা সংলুপ অসিদা হুমিং কয়ানি অরিবা লাইরিক, সেন ময়েক, মমাংগী রিকোমেন্দেশন-চিংবা নৈনবদা নাওরিয়া ময়েকী, মরুওইনা প্রোফেসর খে মৈ, এন, মুহেন, অমদি অহন ঈবুংঙো মুনালনা সোগৎখি।

হুমিং কয়া চত্তনা নৈনরকপদা কংলৈপাক থোজিনকোনগী থৌবুরেল প্রোফেসর কাংজীয়ানা অরিব সেলথাই ময়েক ৫০০ রোম মীয়াম মাংদা ময়েক সেংজিন্নকপগা মরি লৈননা উৎখি। ঈয়েক ১৮ গী খুৎসেম চংজিবা (ওরিজিনেল) পুরা রাকোক-লোন থিলেল সনাই অমাইলোন পুকোক, রাচেৎলোন পাথুপ খমজোই য়াংজোই সেকনিং, চকপলোনগী মঙাং ঈকী রাকোক-লোন তাসাপাকী সিংকক, রাকোকলোন থিলেল সনাই অমাই লোন, লোম-লুম তম্নগী মওং সিজিন্নকনা তাক্লগা কংলৈপাক মীতৈ ঈয়ক কংলৈ পাকল কৌবা পাকল পুয়া অসিনচিংবা কয়া দেলিগেৎ অমমুং সংলুপসিনা কৌবা মীওই কয়ামরুমগী মাংদা উৎখি। লোইনা লোইননা অতৈ ময়েক্কী কাংলুপা কংলৈপক্কী লোল ইবা য়ারোই ময়েক্কী থোন্থোক সুনা হ.ঈদোকপা ঙমদে, অসেম্বনি হাঙ্গবা উৎখ্রিবা রাকমসিংহুনা মরম ওইহনা কংকৈরোন মাঙহন্নবা মরম ওইরককনি হাঙ্গবসি উৎলকপদা কনামত্তনা য়েৎলকপা য়াওখিদ্রে। য়াম্না ইনা লিংজেল মায়না সংলুপসিগী তাং ১৩ | ১১ | ১৯৭৬ ইংদা অয়ুক পুং ৭ তগী হুনিদাং পুং ৬ কাওবা ফমখিবা মীতিম্না কংলৈপাক থৌসিনকোম্না থাংগৎলকপা কংলৈ ঈয়েক ১৮ বু য়ানহনা অয়েৎপা কাংলুপ অতৈ অমত্তা য়াওদনা পুম্নমক্না য়াহনা থুৎনম মিং পিনহনা রারেপ লৌখি।

কংলৈ ঈয়েক ১৮ গী সক্তম, খোঙ্হোক অমদি লোন পুন্নমক ইব য়াৱবা লোম-লুম তপ্পা মওংসিং :—

EEYEK EEPEES (*ORIGINAL LETTERS*)

KOK SAM LAI

MIT PA NA

CHIL TIL KHOU

NGOU THOU WAI

YANG HUK UN

EE PHAM ATIA

LOM EEYEK :—

GOK JHAM RAI

BA JIL DIL

GHOU DHOU BHAM

CHEITAP EEYEKS :—

AATAP KA

EENAP KI

UNAP KU

SOUNAP KOU

YENAP KE

OTNAP KO

CHEENAP KEI

LOM GANG

LOOM FALLING.K

LONSUM EEYEK (*IMPERFECT LETTERS*) :—

KHUTAM EEYEK :—

। (,) ॥ (.) – (–) (?)

CHEISING EEYEK :—

1. 2. 3. 4. 5. 6. 7. 8. 9. 10.

নাওরিয়া ময়েকপু সোগৎলপখিবা কাংলূপশু কংলৈ ঈয়েক ১৮বু য়েৎখিদে, য়ানিংদবা ফোংদোকপগী মহৎত তোপ্পা লৈচৌরে হাঙ্গৈনা ৱারেপ লৌমনবা হাঙ্গৈরকপদগী সংলূপ্পা তোপ্পা লৈরে হাঙ্গৈনা ৱারেপ লৌখি ॥ অমুক্তা ১৯৭৬ ইংগী ময়েকী কনকরেন্স অহুদা কংলৈ ঈয়েক ১৮ বু মনিপুর সরকারদা রিকোমেন্দ তৌদুনা রেঃ নং: ১ | এ, এম, সি, এস. এম | ৭৬—৮, দেৎ ২২-১১-১৯৭৬ অসিগী মতুং ইন্না অরিবা ময়েক চৎনহন্নবা সংলূপ, মনিপুর, কো-ওর্দিনেতিংবোদি অসিনা মনিপুর সরকারদা চৎনহন্নবা পুখৎখি ॥ (৭৪)

(৭৪) (i) প্রজাতন্ত্র দেলি, তাং ১১ | ১২ | ৭৬ ইং

(ii) মতম, দিসেম্বর, ১৯৭৬ ইং।

(iii] Resolutions of the "Ariba Mayek Chatna-hanba Co-ordinating Body, Ref. No. 1/AM CSM/76-8 Date 22-11-'76.

# খৃঃ ১৯৭৮ গী কংলৈ ঈয়েক্কী ৱারোল

তসেংনমক খুন্তগী চহি ১৯৭৮ সুবা মণিপুর কন্থালচাগী চহি-রোন ৩০৭৫ সুবা অসিংদি পুকচেল সেংনা কংলৈ ঈয়েকপু থিজিন্না মীওই পুম্নমক্না কংলৈ ঈয়েক ৮ না অচুম্বনি হায়বসি কোংনা হায়নরবা মতমনি। মসিদা চিংনানিঙাই করিস্ত লৈত্রবনি ।। মতম অসিদা দিরেক্তর ওফ ইদ্ধকেসন, গোভর্নমেন্ত ওফ মণিপুর No. ৯/৪০/৭৪ ই।দি, ইম্ফাল, এপ্রিল ২৬, ১৯৭৮ গী চেরোল মতুং ইন্না অমুকহন্না কংলৈ ঈয়েক লেপ্পবা .কৌখি ।। অদুবু কোর্মেল মীতিন ফমদুনা মীহুৎ কয়া তিন্দুনা, ৱারেপ অমা লৌবা নত্রগা দিরেক্তরগী থাক্তা সেন্দা য়াবা কমিতিনচিংবা, অমত্তা সেমখিবা লৈত্রে। অদুনা হৌজিক কাওবগী থাক্তা দিরেক্তর ওফ ইদ্ধকেসনগী থাক্তা তোখিবা নোতিফিকেসন অসিনদি অয়োইবা নত্রগা থরা হেন্না চেৎপা ৱারেপ, রিপোর্ত অমত্তা লানথৎপা ঙমখিরোই । মথা চৎথনবগী অসাংবা লম্বী অমা য়াংলি ।।

মরক অসিদা মণিপুর বিধান সভা'না চহি অসিগী ( ১৯৭৮ গী ) জুলাইগী অহানবা থাথাইদা কংলৈ ঈয়েক লেপ্পুনা থা ৬ কী মনুংদা তং তাবা অদ পুথোক্লবা ৱারেপ লৌখ্রে। অদুবু "মীতৈ ময়েক" কৌরবদি চৌংমিসিংগী সরুক য়াওদবা ওইনা উৎলে হায়দুনা অরাংবা অমা লাকখ্রে ।। ময়েক অসিগী মমিং "মণিপুরী ময়েক" কৌরবদি ৱাফমসিদি চহি কয়াগী মমাংদগী নহারোল লিসিং কয়া কয়ানা মহাভারতকী মণিপুর অহনি হায়দুনা কংলৈরোন মাংহনখিনবা থোমজিনখিবা "মণিপুর" য়া হৈদগী লৌদুনা থোনব-বুদি য়াথিত্রবনি । ময়েক কয়মনা অচুম্বনো খঙবদা লৌগদবা থৌদাংতা নত্তনা মমিংগী অরুব মতাং অমম্ব চংলকই ।

মত ৎ অসিদা খৃঃ ১৯৭৮ গী এপ্রিল তাং ৭ ড দঃ এল, চন্দ্রমনি, স্পিকর, মণিপুর লেজিসলেতিভ এ সম্ব্লিন গেস্ত ইন চিফ ওইদুনা,

এল, জোগেস্বর এক্স এম, পিনা প্রসিদেন্ত ওইদুনা মীতৈ ময়েককী থৌয়াংবা থাংবুনা সিল্লাংদুনা থৌবৈ কনবৈ মীকম অমা হুমিং ৫ নি ৎংনা এরিয়ান হোলদা তৌরগী শহানবা মুন্নং হৌদোকখি ।। নিংথোখম ইবোয়াইমনা অসিন অরাং ওইদুনা কমখিব থৌবৈ কমবৈ মীকম অহুমগী ৫নি শুব এপ্রেল তাং ১১ দা তাখিবা য় য়েপকা মতুংইন্না কংলৈ ঈয়েক কন্নবা কমথৌ ৬৪ থনখি ।। কমথৌ ৬৪ থনখিবগা লোইননা সরকারগী সেকেন্দরি ইদুকেসনগী একাদেমিক ওফিসারনা সিন্দুনা তুমিন্না মী খঙহন্দনা ময়েক ৩৫ তমক পামজবা মমাংথৈদা মাইথিবা থৈংাক লৈতনা ফ্রবা মীওই খরদং খোমজিন্নগা খৃঃ ১৯৭৭ কী জুলাই থানুং অহুরাইদা অথাংসিংগী ক্লাস খরদা মী ৪ থক্তুং কুকা চংশিন্নরগা নমদুনা চৎহনগদগী হোৎনরম্বা অহু তরখিনা য়েংখি ।। মীফম অসিনা অহুগুম্বা একাদেমিক ওফিসারগী মপুকচেল পিকপা মী অতৈ খঙহন্দনা সরৌ সিন্নদুনা মী ৩ থক্তুং মান্নরগা ময়েক অরানবা, খোম্দোকপু য়াওদবা সিজননবা শুকয়া য়ারোইদবা ময়েক্কি হায়দুনা লৈপাককী থাক্তা সিংনদ খিবদা কনানম্বু ইবা য়াগনি হায়না খুম্বা তমখিব্রবা ময়েক অহুবু লোন্না চৎহনগনি হায়দুনা তৌরম্বা থৌরম্ব, (৭৫) কংলৈপাক অপুনবগী ওইবা মীফম অসিনা চৈনখিবতা নত্তনা মহু একাদেমিক ওফিসারনা খুদক্তা মুইথদ্রো তৌননবা য়ারেপম্বু লৌখি ।।

মতুংদা লৈপাকী থাকতা (স্তেং লেভেলদা) তি জি হায়ার সেকেন্দরী স্কুলদা মেগী তাং ২, ১৯৭৮ দা কমথৌ ৬৪গী জেনেরেল বোদি মীতিন কমদুনা কংলৈপাক পুমনমকী মরুপ কয়ানা পুন্দুনা সেমলবা বোদি অসিগী মিংবু "কংলৈ ঈয়েক কনবা কমথৌলুপ" হায়না থোন্দুনা মতম মতমগী সরকারগী মরী লৈনবা লোইসাংসিংদা

(৭৫) মতমগী খোংথাং, য়াকচিং, ১৯৭৮ : লা: ২২—২৪ ॥

ময়েক অমা চৎনহন্নবা তকসিন্নবা লেমথি। সরকারনা লেপলক-ত্রবদি কংলৈ ঈয়েক কনবা কমথোকলুপনা মমাংদা তৌখিবা কনফরেন্স কয়াগী য়ারেপসিং লেংতুনা লেপননবা চৎনা পথাপ অমদু সেমতুনা লৈপাক পুমনমকী অপুনবগী থাকতা থবক চংসিনখি।

মতাং অসিদা মমিংগী ওইরাগা য়াকমতু লমুক লাকই। "মনিপুরি ময়েক" "মীতৈ ময়েক" কৌবদি পন্দুপ (১)গী মতুং ইন্না তোংজবা নত্রগা চুম্মী হায়বা য়াবা মরম লৈতবনি। অসিগুম্বা দাইলেমা, মতুং অনিগী মরকতা লৈবা অসি লাইথোকহন্নবা অমদি ঈপানৎ ঈপুনাৎ, চীংমী তম্মী পুন্নমক্কী য়াইফনবা "কংলৈপাক কৌবা চীংমী তম্মীগী অপুন্ন কংলৈরোনগী য়ুমকম অসেংবা ওইনা লৈরবা লৈপাক্কী মিংদগী লৌতুনা চৎনগদৌরিবা ঈয়েককী মমিংবু "কংলৈ ঈয়েক" কৌকম থোকই হায়তুনা কংলৈ ইয়েক কবা কমথোকলুপনা সরকারগী মতেং পাংবা ওইনা "কংলৈপাক কংলৈলোল কংলৈ ঈয়েক" কৌবা লাঈরিক অমা কোংদোক্তুনা চাইথোকখি॥

মনিপুরি ময়েক। মীতৈ ময়েক কৌতুনা পুথোকপা বিধান সভাগী বিল অদু ভবদা চীংমী এম, এল, এ কয়া মপান্দা থোকখিবতু তসেংনা মমিং অসিমক্তম্বু মতেং য়াম্না পিখি॥ মরক অসিদা চীংমী তম্মী অনিমক্ত পুন্না থোনমিন্নখিবা চীং তম পুনবা "কংলৈপাক" কৌবা মমিংদগী লৌতুনা চীংতম তনিমক্তা সেম-গৎলম্বা কবুই তোম্ব', সনাং মাইবা, খুরখুল তেপিপা চীংমী মাইচৌ কয়াগী হমাংমন য়াওগ্রবা মমিং, মথোক্তুনা সাজরম্বা কংলৈপাক্কী ঈয়েক অমা লৈজরম্বা অদুগী মমিং "কংলৈ ঈয়েক" কৌবা হাঙ্গবসিদি তসেংনা তৌদবা য়াত্রবা থোংথাং অমনি। নত্রবদি মহাভারতকী মনিপুরদুদগী লৌতুনা "মনিপুরি ময়েক" কৌরবদি চীং তম মাংই সেংই হাঙ্গতুনা হুংসিনহন্দব হৌরিবা মমিংনিনা চীংমীদম্বু তম্মীদম্বু তনিমক্তা হেন্না ফত্তব পোকহল্লি

মরু অমুক ওইসিন্নক্লিবনা মপা মপু হুংসিনক্লিবা মপানাং মপুনাংপু য়োকথংচরকদৌরিবা কংলৈসিগী মমল য়ামলবা নহারোল চীংমী তম্মী লিসিং লিসিং কয়াসিবুহু থাপথোক্লহল্লমলবদি অসিংবা খোংথাংদি ওইকম হৈরৈমক লৈরোই হাঈবসি মস.গী ওইজবা থরতমক য়েংবা মী নত্রবদি সোইদন। হ.ঈগনি। য়াকনসি কংলৈ ঈয়েক কনবা ফমথোলুপ অসিনা চীং-তম অমদি তুংগী নহারোল লিসিং কয়াগী লম্বী য়েংহনা মীয়ামদা লাউথোকপা হৌখি। মনিপুর সরকারদগী, পুন্নমক য়াইফননবা সেমজিন্দুনা মাংহল্লবা পুন্নমক অমুক নৌহৌনা ম.রাল চোংজহৌনমব তসেংনা মাংহল্লবা "মনিপুর" হোংদোক্লগা কংলৈয়োনগী অমত্তা ওাইজবা মীপুম থুদিংনা থোন্নক্লিবা "কংলৈপাক" খোনহৌননবা, "মনিপুরি লোল" হোক্তুনা "কংলৈলোল" খোনহৌনবা, মনিপুরি ময়েক হাঈবগী মহুত্তা চীং-তম অনিবু কোনসিনব, শুংসিনবী হৌকম ওইহৌগদৌরিবা ১মিং "কংলৈ ঈয়েক" হাঈনা কৌননবা কং-লৈপাক পুন্নমকী মপূনবা থাক্তা লিংখৎপ্রবা ফুরুপ, মরু প ৪০ মুক হেন্ন পুল্লগা সেমলিবা "কংলৈ ঈয়েক কনবা ফমথোলুপনা" সেজ্জা সরকারদা নিংসিংজবা হৌখি॥ কংলৈপাকী মঠুংদা অমদি মপান্দা লৈরিবা কংলৈচাসিংদগী পুক্লিং চিংসিনবা হৌরে।

ওসিকাওবদি লৈপাকী মিংবু "কংলৈপাক" কৌবা; লোলগী মিংবু "কংলৈলোল" ঈ.য়কী মিংবু "কংলৈ ঈয়েক" কৌবা হাঈবনিদা মী লৌসিং লৌসিংনা থুজিং ওইহনা পান্নরে। ঈয়েকী মওংনা কনফরেন্স পুন্নমক্তা য়ানপ্রবা কংলৈ ঈয়েক ১৮ বু হেন্না হেন্না পান্নরক্লি। ঈমালোলদা পাবা য়াদবা বেঙ্গলি দেবনাগরিদগী তাংহনা ময়েক চৎনবদি কনাগু পামদে। মসিকাওবসিনা কংলৈ ঈয়েকী খৃঃ চহি ১৯৭৮, আগস্ত থা কাওবগী য়ারীনি।

## কংলৈ ঈয়েক কনবা ফমথোলুপকী পান্দমসিং

তাং ১৮ | ৬ | ৭৮ ইংদা ফমখিব। ফমথৌ ৬৪ গী অপুনবা মীতিন অনিগুবনা য়ানহনা লেপলবা চৎন পথাপকী ৪বা তাহক

কংলৈ ঈয়েক কনবা কংথোক্লূপকী পাক্লমসিং মথাদা পিরি :—

(ক) কংলৈ ঈয়েক অসি মহৈ তমখ্রমসংসিংদা চংনহন্নবা স্তেট সরকারদা সকথত্তহন্নবা হোংনবা ॥

(খ) অচুম্বা কংলৈ ঈয়েক অমা স্তেট সরকারদা লেপহন্নবা হোংনবা।

(গ) মথৌ তাররদি কনথোক্লূপনা কংলৈ ঈয়েক অসেংবা অচুম্বা অমু পুথোক্লবা হোংনবা।

(ঘ) কংলৈ ঈয়েক অসিগী চাউখৎহন্নবা ঈহৌ অসি তম-লিবমথৈ পাক চাউথোক্লবা হোংনবা ॥

(ঙ) কংলৈ ঈয়েকা মরী লৈনবা চেরোল, লাইরিক, চেকোং-নচিংবা মথৌ তারকপদা পুথোক্লবা হোংনবা ॥

(চ) ঈলোল, ঈয়েক, ঈনাংকী মথৌ তাবা থৌদাংসিং পাংথোকপা।

(ছ) মতমগী মতুং ইন্না নৈনসং লিংখৎপা

(জ) নৈপাকী ওইবা ঈনাংকী য়াথোক লাকপা মতমদা ঈনাং মাংখিহনবা কন্নবা হোংনবদা থৌদাং কাবা ( নং (চ), (ছ) অমসুং (জ) অসিদি মথংগী অপুনবা মীতিংদা হেন্না পাক চাউথোক্না অমুক্কা হন্না খন্নখিবা হাঈনা লেপনখি ॥ )

কংলৈ ঈয়েক্কী খুন্তগী চহিরোল ১৯৭৮, আগস্ত থা কাওবগী অস্পৎপ। য়ারী মতাংসিদা লোইরে। মথং কয়া অমসু অমুক লাকখিগনি ॥

কংলৈ ঈয়েককী য়ারী লোইবা লৈরোই ॥

———

# কংলৈ ঈয়েক্কী বারী

## ( History of Kanglei Eeyeks )

— কংলৈ ঈয়েক কনবা কমথৌ লুপ

ইম্ফাল।

( হাপচিল্লকপা-সরুক )

### লৈঙাক লোয়সংনা কংলৈ ঈয়েকপু সকথঙবা

লৈঙাক লোয়সংগী থাক্তা কংলৈ-ঈয়েকপু সকথঙত্রিঙৈদন্থু ময়েক অসি কংলৈচাসিংগী সক্তম ঙাক্লনবা য়েলহৌঙৈগী খোন-থোক, পরেং কয়াং কায়হন্দনা চংনহনগদবনি হায়বসিদি কংলৈ-পাক থৌসিন কোন্না য়াকোকলোন থিলেল, য়াচেংলোন পাথুপ অসিনচিংবা পুয়াসিংদা ইরম্লিবা হকচাং কয়াংলোন্দগী থোরকপা ময়েক্কী কাংলোন অসি চহি ২২ য়োম চংনা উংথোক্তুনা সন্দোক-তুনত্তা লাকপা মরম্না মীয়ামগী থম্মোয়দা 'অচুম্বনি হায়না ভসেংনা কাওনরকই। অম্নম্না অচুম্বা ময়েক্কী সক্তম অমা কংলৈচাসিংনা থঙনরক্লবা মতম অসিদা মতাং য়াম্না চানা নহারোল অহল্লোন কয়াগী নিংবা থুংননবগীদমক্তা লৈঙাক লোয়সংগী লেজিসলেটিভ এসেমব্লীদা থন্নরকখি। থোঙদোকপা য়েংনবা য়াওদনা "মীতৈ ময়েক" অমা লেপ:থাক্লনবগী মতাংদা য়ারেপ লৌখি॥

লৈঙাক লোয়সং য়োরক্লনবগীদমক্তা অহাম্বা থুমারম্বসি খৃস্তগী চ হয়োন ১৯৫৮ দা "ময়েক লুপ্তিন" কোল্লনা লৈপাকীথাক্তা ময়েক লেপ্পবা হোংনরম্বা লৌখত্রবা মাইচৌ থোকচোম থো-কাচানবা ঈয়াম্বা ঈবুংঙো অসিনি। লৈঙাক লোয়সংনা অয়োয়বা য়ারেপ অমা লৌবিননবা কম্না তকসিনখিবা অসিদা অচৌবা থৌদাং লৌখিবসি— কংলৈপাক থৌসিনকোন, কংলৈপাক যুথ

ফ্রন্ত, অপুনবা নহারোন মরুপ, মীতৈ নেসনেল ফ্রন্ত, প্রো-গ্রেসিভ রাইতর্স এসোসিয়েসন, মরুপ ৩০ মুক্তা পুল্লগা সেমখিবা কংলৈ-ঈয়েক কনবা কমথৌলুপ অমসুং ওল মনিপুর ষ্টুদেন্তস য়ুনিয়ন অসিনি।

কংলৈপাক্কী লৈঙাক লোয়সংনা য়াববা মতুংদা গোভর্নরগী মিংদা থোকপা Govt. of Manipur, Secretariat : Education Department Order No. 1/38/SSE/78—Imphal, the 16th November, 1978 অসিগী মতুং ইন্না অচুম্বা য়ানরবা "মীতৈময়েক" অমা লেপ্পনবগীদমক্তা মথাগী অথং-অহৈসিং অসি কাংলুপ পুন্নমক্তগী সুনা মীহুৎ লৌহুনা থনখি :—

১। চিফ মিনিস্তর, মনিপুর ... চিয়ারমেন

২। এগ্রিকলচর মিনিস্তর, মনিপুর
(দাঃ এল, চন্দ্রমনি সিংহ) ... কনভেনর

৩। দাইরেক্তর ওফ ইদ্বকেসন (এস),
মনিপুর ... মেম্বর সেক্রেতারি

৪। মিস সোরোজিনি দেবী, আরকাইবিস্ত,
স্তেৎ কলা একাদেমি, ইম্ফাল ... মেম্বর

৫। প্রোঃ দব্লিউ, তোমচৌ সিংহ,
দি, এম, কলেজ, ইম্ফাল ... মেম্বর

৬। প্রোঃ কাংজীয়া গোপাল,
ওরিয়েন্তেল কলেজ, ইম্ফাল ... মেম্বর

৭। এল, মোহেন্দ্র (জয়ন্তকুমার) ক্বাকৈথেল... মেম্বর

৮। এল, কুলচন্দ্র, মালোম চঙাংগৈ ... মেম্বর

৯। রাই, তম্ফাজাও, কৈসামপাৎ ... মেম্বর

১০। এন. ইবোয়াইমা, থাংমৈবন্দ ...মেম্বর

১১। এস, রোহিনিকুমার (ইবোয়াইমা)
আই/সি লাইব্রেরিয়ান, মনিপুর সেক্রেতরিয়েৎ ...মেম্বর

১২। প্রো: মঙ্গি নিঙোম্বা, জে. এন, য়ু. সেন্তর
কানচিপুর ...মেম্বর

১৩। কমিতিনা মপান্দগী কৌগদবা এক্সপার্ত ২ ...মেম্বর

অমুম্না সেমগৎলবা লৈঙাক লোয়সংগী "মীতৈ ময়েক এক্সপার্ত কমিতি" অসিনা চৈচৎ ১।১২।১৯৭৮ ইংগী মীকমদগী হৌদুনা মীকম ২৪ রক কমহুনা, পুম্না কয়া নৈনহুনা, মতমগী রাকম কয়া কুপ্না খন্নহুনা অমদুং ঈসাগী সক্তম ঙাকপা ওমগদবা লোলগী কাংলোন্দা খ্বাইদগী মরম চাবা থিজিন্নবা মতুংদা চৈচৎ ৩১।৭।১৯৭৯ ইং কাওবা মীকম চংথরগা অরোয়বা ময়েকী রারেপ অসি লৌখি ।। রারেপ অসি চিফ মিনিস্তরগী বাঙ্গলোদা প্রেস কনফরেন্স অমগা লোয়ননা লৈপাক্কী অখং অহৈ লোয়-সংগী মকোকসিং কৌদুনা চৈচৎ ৬।৮।১৯৭৯ ইংগী অয়ুক পুং ১০'৩০ তাবদা কমথিবা মীকম অহুদা মতমহুগী চিফ মিনিস্তরগী খুৎতা মীয়াম খংনা খুংসিন্নখি।

ময়েক অসিগী মমিংনা হান্না হায়নরকপগী মতুং ইন্না "মীতৈ ময়েক" হায়না অহুম চেদা ইগনি ।। চৌংতম পুম্নমক কোল্দুনা খঙনবা "মণিপুরী" হায়বা রাহৈসিগী মহুং সিন্না মমিং লাকপা মতাংদদি "কংলৈ-ঈয়েক" হায়না ঐখোয়না খঙননবগী রাকমস্তু পুথোক্লুনা খমখি ।। হৌজিক্কী ওইনা "মীতৈ ময়েক" হায়না ইনগনি ।। মমিং অনি অসি অমত্তনি হায়না নৈনখি।

লৌখৎলিবা ময়েক অসিগী মরু ওইবা য়ুমথমদি রাকোক-লোন থিলেল সলাই অমাইলোন পুকোক, রাচেৎলোন পাথুপ, থমওই য়াংওই সেকনিং, ঙাসাপাকী সিংকক, রাকোকলোন থিলেল সলাই অমাইলোন, ঈয়েক চকপালোন, কংলৈ পাকল অসিনি। য়ুমকম ওইখ্রিবা পুন্না পুন্নমক অসি কংলৈপাক থৌসিনকোনগী কংলৈরোয় (দাইরেক্তর) প্রো: কাংজীন্না গোপাল, এক্সপার্ত কমিটিগী মেম্বরনা পুথোকখি। লোয়নবা চে-চাং, রিফরেন্স ৬০০ থন্না হেননা পুথোক্তুনা অরোয়বা থোম্মোক, পরেং সেম্বা, চৈসিং ঈয়েকী সক্তম, চৈতপকী মমিং মথা, কক্কদবা মপান্দগী পুসিন্নকপা সিজিন্নকম থোক্তবা ময়েকসিং লৌথোকপা—পুন্নমক অসি মথং-মথং তারকখিবনি॥ মসিদা মিস, সোরোজিনি ( আর্কাইবিস্ত ), এস, রোহিনিকুমার (আই/সি লাইব্রেরিয়ান, সেক্রেতরিয়েৎ লাইব্রেরি), এল, কুলচন্দ্র, দা: এল, চন্দ্রমনিনচিংবনা কন্না সৌগৎখি॥

লৌখৎলবা ময়েক অসি ঈয়েক ১৮ অমম্লুং লোম ঈয়েক ( ঈয়েক ১৮ দগী লেমথরকপা ) ৯=পুন্না ২৭ অসিনি॥ মসিনা তোঙানবা ভোয়েল ময়েক ৫ অমম্লু ইবা য়াই– ময়েক ৩২ গী পাঙল লৈ॥ মুম ঈয়েক লৌখৎলিবা অসিনা অরুম-অয়াং ইবা য়াহনবা মরম্না থোম্মোক ৩২ বু—অয়াংবা ৩২+ অরুম্বা ৩২ অম্পুন্না =পুন্না থোম্মোক ৬৪ ইবা ঙমই॥ থোম্মোক ৬৪ অসি কৌজিক চৎনরিবা বেঙ্গলী ময়েক অসিনা ম্পুনা ইবা ঙমদে॥

ঈয়েক ১৮+লোম ঈয়েক ৯=পুন্না ২৭ অসি মাইচৌ থোকা-চানবনা থৌবুরেল ওইত্নুনা ১৯৫৮ ইংদা পাংথোকখিবা "ময়েক য়ুপ্রিন" কনফরেন্স অহদা লেপ্লখিবা অহুনি॥ মতমহুদা

লাল্লুখিবা হায়ববু হাপচিন্নক্লিবা লোম ঈয়েক ৯ অসি বেঙ্গলী লিপিগী খোঙ্গোক্তা গো, ঘো, বর্গ জো, ঝো, দো, ধো, বো, ভো, অস্তস্তরো হায়দুনা পাননবা অমত্তুং পরেংস্থ বেঙ্গলী লিপিগী বর্গদা "ক, খ, গ, ঘ, ঙ" হায়না [illegible] না সাহুনা ঈপা ঈপুগী ৩/৩ না পরেং সাহুনা চৎনরম্বহ্ থুগাইরগা মেজোরিতিনা লায়া সৈষ-দোকখি। মতম অহুদগী হৌনা কংলৈপাক খৌসিনকোয়া পরেং ৩.৩ না সাত্রবা অমত্তুং পাবগী খোঙ্গোক্তা বেঙ্গলী লিপিগী মতৌ ভমহুনা পাবা অহুনদি চৎনবা য়ারোই হায়হুনা কয়া সিংনহুনা লাকখি। খোঙ্গোকা, পরেংগা চুমথোকত্রিবমথৈ লোম ঈয়েক ৯ অসি লোম-লুম ভপ্লগা ভোঙায়া চৎনগনি, ময়েক অমত্তা লায়া চৎনহবা য়ারোই হায়হুনা লোম-লুম ভপ্পা ময়েক ৯ সিজিন্নখি। খোঙ্হোক চুম্না অমত্তুং পরেং ৩/৩ না সাহুনা অচুম্বা কাংলোন্দা লৌখংসি হেক য়াত্রিবমথৈ লোম-লুম ভপ্লগা অতোপ্পা কাংলোন অমা পুথোক্নুনা লায়া চৎখিনবা অকনবা সীংনবা অমা থমহুনা চৈথোক ওইরখিবনি।।

মীতৈ ময়েক এক্সপার্ট কমিতিনা ১৯৫৮ ইংগী ময়েক খুপ্তিন্দা খোকাচানবা মসামক্না লৌখংলগা ময়েক ২৭ অসিমক পুথোক্লখি। অহুগা পরেং ৫/৫ না সাবগী অনানবা অমত্তুং খোঙ্হোক বেঙ্গলী লিপিগী লৌরম্বা অহু অমুক লক্না চুমথোকসি য়ানবদগী প্রো: কাংজীয়ানা য়াদেং পিরম্বা অহু লেপখি।। অস্তুমা ঈয়েক ১৮+ লোন ঈয়েক ৯—পুম্না ২৭ অসি অয়াম্বা এক্সপার্টনা য়ানহুনা লেপ্লখি।। খোঙ্গোক্না য়াকোকলোই থিলেল পুম্নাগী অচুম্বা মীতৈ-লোলগী খোঙ্গোকসিং অহু চপ চানা লৌখংখি।: লেপখিবা ময়েক অমত্তুং খোঙ্হোক অহু [illegible]সিং অসিনি :—

| | | |
|---|---|---|
| (ক—K) কোক | (স—S) সন্ | (ল—L) লাই |
| ম—M মিং | প—P পা | ন—N না |
| চ—CH চাল | ত—T তাল | খ—KH খো |
| ঙ—NG ঙো | থ -TH থো | র—W রাই |
| য়—Y য়াং | হ—H হুক | উ—U উন |
| ঈ-EE ঈ | ফ -PH ফম | অ—A অতিয়া |
| গ—G গোক | ঝ—JH ঝম | র—R রাই |
| ব—B বা | জ—J জান | দ—D দান |
| ঘ—GH ঘো | ধ—DH ধো | ভ—BH ভম |

মীতৈময়েক এক্সপার্ত কমিতিনা স্কুল কলেজসিংদা চৎনহন্নবা লৌখৎলম্নবা ময়েক অসি Manipur Gazette (Extraordinary) No. 33 Imphal, Tuesday, April 22, 1980 অসিদা ফোংদোক্লুনা কংলৈপাক্কী লৈঙাক লোয়নসংনা কংলৈচা পুন্নমক্কা থঙহনখ্রে ॥ মণিপুর গেজেৎ অসি Govt. of Manipur Secretariat : Education Department orders by The Governor of Manipur No. 1/2/78 - SS/E. Imphal, the 16 th April, 1980 অসিগী য়ারোল মতুং-ইন্না লৈঙাক লোয়নসংনা মীয়ামগীদমক্তা ফোংদোকখ্রবনি ॥

অসুম্না মতম কুইনা চয়েৎনহুনা লাক্লবা কংলৈচা ফুরূপ অসিগী মসাগী মসক্তম তাকচনবগী চাউরবা খোংথাং অমা মায় পাক্লা লোইসিনবা ঙমখ্রে ॥ এক্সপার্ত কমিতিগী রেকোমেন্দসন থাগৎপা সুমিৎসিনক্কদা অরাবা ওইহুনা লৈরক্লবা কংলৈ-ঈয়েক/ মীতৈ ময়েক অসিগী মায় পাক্লা লোয়সিনবা ঙম্বা অসিগী মুংঙাইবা ফোংদোক্লুনা লৈঙাক লোয়সংনা মহৈ তময়ফমসিং অমদি লৈঙাক লোয়নসংগী সংলেনসিং স্তুতি থাখি ॥ য়ংমাসো সৈজানা লুচিংবা সরকার অমসুং রা: কু: দোরেন্দ্রনা লুচিংবা সরকার অনিমক্লা ময়েক অসি চৎনহন্নবগী মতাংদা মমল য়াম্নবা থৌদাং লৌখি। মতুংদা কয়া অমসু লৌনরকখিগনি হায়বসি মীয়াম্না থাজৈ। ꯀ

ফমথৌলুপনা ফোংগ্রবা লাইরিক :—

১। কংলৈপাক কংলৈলোল কংলৈ ঈয়েক

অইব.— এন জী, কাংজীয়া

পুথোকপা— পুয়ামচা ইবোতোন ॥

ফোংবা— ১৯৭৮ ইং ॥

লাইরিক ফংফম :—

১। কংলৈ ঈয়েক কনবা ফমথৌলুপকী সংলেন

আর, এম, সি রোদ ( হায়গী জেনরেল

হোসপিতাল রোদ ) ইম্ফাল, কংলৈপাক ॥

২। গীতা বুক হাউস, পাওনা বাজার

৩। লাইরিক য়োনবা অতৈ দুকানসিং

অসিনচিংবা ॥

য়াফোংবা সংলুপ—

কংলৈ ঈয়েক কনবা ফমথৌলুপ

ইম্ফাল, কংলৈপাক ॥